ললাটে কর্নদুয় বহুদ্বয় কন্ঠ কূপকে পঞ্চ স্থানেতিলকং দদগৎ বক্রেয়াৎ বৈষ্ণব জনা: ইতি শ্লোক গৃহস্তি তিলক বিধি যথা ললাটে কেশব ধ্যায়েৎ নারায়ন মথদোরে ।। বক্ষ স্থুলে মাধবন্ত গোবিন্দ কন্ঠকুপকে বিষ্ণুঞ্চ দিক্ষিণ কক্ষে বাম হৌশ্চ মধুসুদণ ।। ত্রিবিক্রম স্কন্ধ রেতু বামনং বাম পার্শ্বকে, শ্রীধর বাম বাহু ঋষি কেশ পৃষ্ঠেতু পদ্মনাভঞ্চ কন্ঠং দামোদরন্যসেৎ ইত্যেব পঠিত্বা দ্বাদশ স্থানে তিলকং কুর্য্যাৎ ।।:০:।। (৩) ইতি ।।

---

পয়ারগী অর্থ:- মালা লেংইবা লংদু তৎলবদি কিশি কিদুনা শমহৈদে ।। অনৌবা লংশুংনা অমুক হন্না শিন্দোক্কনি ।। নিয়ম নাইনা লেংগনি সুমেরুনা মথক থংনা ।। ইশিং অশেংবগা সেবা পোৎ খরগা য়াওনা অভিসেক স্নান তৌগনি লেংইবা মালাদু ।। লোইরগা শ্রী গৌর কৃষ্ণদা সমর্পন তৌজগনি হরিনাম শোন্দুনা ।। খোঞ্জেল থোক্লা শোনবা তাংদা খুজিন মতোন্দা শোক্লা শোল্লবদি মাংই মহৈ য়ান্দ্রে ।। খুৎনিংথৌনে খুৎয়াইনে, খুৎনাওবিনে খুৎতোনবীগী তাংনে, খুৎপী মরুনে ।। তাঙ্ক ১০ শিদা চংখোন্না নাম শোনগনি ।। নিয়ম অশি কাইদনা শোল্লবদি (লিক চৎলবদি) যমগী অকিবা অমত্তা লৈরোই হায়রি হেমন ভাই ।।:০:।। (১) ইতি ।।

চন্দনগী মমিং অমসুং থিনবগী ব্রায়েল হায়রগে ।।

শ্লোকী অর্থ:- গঙ্গাগী লৈপাক ১ শ্যাম কুণ্ডগী লৈপাক ২ গোপী চন্দন ৩ অমসুং তুলসি মখোংগী লৈপাক ৪ শিনা চন্দন থীনগনি মাইদা ।। গৌর নুংশিবা বৈষ্ণবশিংনা হায়রি ।।:০:।। ইতি (২) শ্লোক ।। ইতি ।। চন্দন থিনফমদি লাইবকনে ১ মনাতোন অনিনে ২ পাম্বোমনে খৌরি অকুৎপনে থবাক থজিন অকুৎপনে হায়রি ।। মফম মপ্তাশিদা চন্দন থিনগনি বৈষ্ণবশিংনা নুপীশিংসু।। গৃহিদা লৈবশিংগীদি মফম ১২ দা চন্দন থিনগনি হায়রি ।। মফম ১২ দা নারায়ন ১২ গী লৈফমনি মশক মফমশিংদু হায়রি ।। লাইবক্তা কেশব কৌবা নারায়ন লৈ ।।১।। থজিন অকুৎপা থম্মোইদা নারায়ন কৌবা লাই লৈ ।। ২।। থবাক্তনা মাধব কৌবা নারায়ন্না লৈ ।।৩।। গোবিন্দা কৌবা

নারায়ন্না মৌরি অকুৎপদা লৈ ॥৪॥ য়েৎথংবা নাকলদা বিষ্ণুদেব নারায়ন্না লৈ ॥৫॥ ওইথংবা নাকন্দা মধুসুদন নারায়ন্না লৈ ॥৬॥ ত্রিবিক্রম নারায়ন্না লেংবান্দা লৈ ॥৭॥ বামন দেব নারায়ন্না ওইগী পাম্বোমদা লৈ ॥৮॥ য়েৎকী পাম্বোমদা শ্রীধর নারায়ন লৈ ॥ ৯॥ ঋষিকেশনা লেংবান্দ ১০ নমগদনা পদ্মনাও লৈ ॥১১॥ মৌরিদা দামোদর নারায়ন লৈ ॥১২॥ হায়রিবা মফমশিং অসে চন্দন থীনফম ঙাক্তনি খংউ ॥:০:॥ (৩) ইতি ॥

---

পয়ার:- নগুনের বিধি যাথা ॥ ব্রহ্মনা নির্ম্মিতং সুত্রং বিষ্ণুনা ত্রিগুন কৃতং ॥ রুদ্রেন দীয়তে গ্রন্থি ব্রহ্ম মন্ত্রেণ মন্ত্রিকং অনন্ত বাসুকি শৈচ নল নীল তথৈব চ ইতি পঠিত্বা নগুন ধারয়েৎ ॥ ইত্য নুভাবে গুরু সন্নিকটে গমন ॥ কৃষ্ণ নাম কৃষ্ণ গুন সলাপনে বলিয়ান ॥ আপনি আপনর স্থানে পিরিতি সভাই টানে ॥ ভক্তি পথে সদা দেই ভঙ্গ ॥ সাধনে যেমন চাই সিদ্ধ দেহ তাহা পাই ॥ পক্কা-পক্কা-মাত্র সে বিচার ॥ পক্কিলের প্রেম ভক্তি অপক্কের সাধন গতি ॥:০:॥ (১)

পয়ারগী অর্থ:- নগুন থাংবগী ৱায়েলদু হায়রগে ॥ নগুন হায়বা পোৎ (লংশুং মশাংশি) ব্রহ্মদগী পোকই (হৌরকপনি ) ॥ বিষ্ণুমক্কী মশক্তি মচানা অহুম্নী শেম্মীবশে ॥ গন্থি (কিশিদু) মহাদেব কৌবা লাই অদুনি মন্ত্র অদুনা অরুবা তাক্ককনি ॥ বাসুকিনা নল নীলনাচিংবনা চংজফম ওইরিবা হরিগী চরন্নি ॥ অসি খন্দুনা হরিনাম শোল্লগা নগুর বুথাংজগনি ॥ অদুগী মতুংদা শ্রীগুরুগী নাক্তা চৎলগা শ্রীকৃষ্ণ নাম গুন হংজগনি তমগনি ॥ মশানা নামগী প্রেম পিরিতিগী রসবু থকচগনি ॥ ভক্তি তম্বদা থীজবদা বিঘ্নি (অকাইবা) লৈরবদি থৌরাং তৌজরিবা ভক্তিদু মহৈ য়ান্নবা সৎগুরুদা হংজগনি, গুরু কৃপানা সাধণ তৌজরিবদু মপা চুম্নবদি প্রেম ভক্তি শোইদনা ফংজৈ ॥ প্রেম ভক্তি ফংদ্রিবা মখৈদি সাধনা তৌবদা থাজবা নুংশিবা নুংঙাইবা পোক্লবা থৌরাং তৌজগনি ॥ থাজবা নুংশিবা পোকপা ঙমদ্রিবা মখৈদি ঐনা তৌজরিবা সাধনাশি চুমদ্রি হায়না বিচার তৌজগদবনি হেমন ভাই ॥:০:॥ (১) ইতি ॥

## ১২। অথ জীবতত্ত্ব কথনং ।।

পয়ার:- একদিনে রঘুনাথে কহে প্রভু তত্ত্বের প্রকাশ ।। জীব শক্তি যত তত্ত্বের বিবরণ ।। যতজীব নাম কহে শুনিতে আনন্দ হয়ে, কহে বস অক্ষয় বচন ।। জীবের কথা কহিশুন তত্ত্বসার ।। (ধ্রু) গৌণ, মুখ্য, সার কনিষ্ঠ ইত্যাদি বিস্থার, এই পঞ্চ জীব মহাধন ।। জীবে জ্ঞান নাহি যারসে যাউক ছার খার ।। জীবে জীব বিচার কনিষ্ঠ ইত্যাদি ।। জীব প্রাপ্ত করে কৃষ্ণ জীব ভব বন্ধন মুক্ত হয়ে য়ার ।। গুণি জীব হয়ে যেই কৃষ্ণ সহোদর ।। সেই কৃষ্ণ পাদা মুজে সদা ধ্যায়ে ।। সার জীব কৃষ্ণ দাস শ্রী মতি যাহাতে আশা কন্দরপ আদি যাহার কিঙ্কর ।। মুক্ত জীব নিত্যে শ্বর প্রভাবত যাহা কিঙ্কর ।।:০:।। (১) ইতি ।।

---

পয়ার:-গী অর্থ:- নোংমা নুমিৎ অমদা মহাপ্রভুনা মনাই রঘুনাথ দাসদা সাধু সঙ্গ তাকপিরম্মী ।। জীবদি অরেপ্পা কৃষ্ণগী মনাইনি ।। তাবদা য়াম্না নুংঙারবা তত্ত্বনি নংনা হংইবা অদুগী মতুংইন্না হায়গে তোরো রঘু ।। শ্রী কৃষ্ণগী শক্তিনি জিবদি খংগদবা ওইবা ব্রাফমনি ।। মরম অসিনা অব্রাৎ, ব্রাৎতা অরেপ্পা, লেপ্তবা, অতোনবা হায়রিবা মঙাসি জীবনা মশক খংবদা য়াম্না কানবা লন্নি ।। জীব তত্ত্ববু ঐ খংলে হায়দুনা মতিং উৎলিবশিংদো লৈখা তানা মাংসনু ।। থব্রাইগী থব্রাইনি কৃষ্ণ না জীবনা অতোনবা মনাইনি ।। জীবনা কৃষ্ণবু ফংজরবদি ভক্তি বীজ ফংবা কৌই ।। সংসারদগী অব্রাবা কোকলবনি গুরুদগী হরিনাম ফংজরবদি ।। মপোক মহৈ য়ানবা কৌই কৃষ্ণতগা শাগোন্নরবনি চরণ থম্বাল কাওদনা হরিনাম শোল্লিবদো ।। মরম অসি জীবদি কৃষ্ণচন্দ্রগী অরেপ্পা মনাইনি ।। বৈধি ভক্তি হায়বদি কৃষ্ণতবু নুংশিবনি মুক্ত পাম্বা ঙাক্তনি ।। রাগ ভক্তি চৎপা হায়বদি শ্রীরাধিকা নুংশিবা মীশকপু রাগ ভক্তি চৎপা কৌই ।। রাধিকা নিংবা নুংশিবা মীবু কৃষ্ণ পুংশিবা নিংবা কৌই ।। কাম কৌবা লাই ফাওবা ইবেম্মগী মনাইনি ।। সংসার থাদোকপা (কোকলবনি) ইবেম্মগী মনাই ওইরবদি সখি মঞ্জরীগী মপোক ফংলবদি ।। রাধা গোবিন্দ অনিগী মনাই ওইজরবদি প্রেম সেবাদি শোইদ্রে ।। হায়রিবা

ব্রারোলশি অচেৎপা পুন্নমক্লা তিল্লবনি ।। অহেনবা অমা লৈররোই লৈত্রবনি হে গুরুগী মনাই রঘুনাথ ।।:০:।। (১) ইতি ।।

পয়ার:- নিত্য রধাপদে য়াব ধ্যান ধরে ।। সুক্ষম জীব হই হৃদয় নির্ম্মল ।। সুচিক্কন কৃষ্ণের রাধা হরে মন ।। দাসী যার রাধা ঠাকুরাণি ।। এইত কহিল সার ইহা বহি নাহি আর অন্য দেখ বস মায়ার ধন্ধ ।। রামচন্দ্র করিবাজ তাহার মাঝে কহে দীন দৌভাগ্য দাস ।।:০:।। (১)
পয়ার:- "জীব পঞ্চ প্রকার" কনিষ্ঠজীব (১) গুনী জীব (২) বদ্ধ জীব (৩) মুক্ত জীব (৪) সুক্ষম জীব (৫) প্রকারান্তর ।। অথাৎ স্থুল জীব (১) তট্টস্থ জীব (২) বদ্ধ জীব (৩) মুক্ত জীব (৪) সুক্ষা জীব (৫) সারএ পঞ্চ প্রকারাৎ উৎপতি ।।:০:।। ইতি ।।

---

পয়ারগী অর্থনি :- "রা" (অঙানবনা তিনবী) "ধা" মথন্তনা কৃষ্ণবু নিংবি "রাধা"নানিত্যবস্তুনি মাগী চারণবু শগোন্নজগনি ।। অতোনবা জীব ফাওবা থম্মোই লংই ।। মক্তবা কৃষ্ণগী মুর্ত্তিনা রাধাগী থম্মোই হুরি ।। প্রেমতগী মশক ওইবি রাধাগী প্রেমগী মখা পোল্লি কৃষ্ণনা ।। মচি ওইরবা ব্রাফমবু হায়বশিনি ।। রাগ ভক্তি নত্তবা অতোপ্পা সাধনা তৌরবদি চৎলিবা লমচৎতুনা মায়ানা ফাগনি ।। অব্রাবা ফংগনি ।। রামচন্দ্র কবি রাজগী মনাই ওইবা পামজরবা সৌভাগ কৌবা তোল্লবনা হায়জরি ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- জীব মখল মঙা শুই মদু হায়রী অতোনবা জীব হায়বা অমা ।। ২ গুন লৈবা জীব হায়বা অমা ।। ৩ ফকচিনবা জবি হায়বা অমা ।। ৪ অরান খুভম ফংলবা জীব হায়বা অমা ।। ৫ অকুপ্পা জীব হায়বা অমা মখল মঙাদু হায়রিবা অসিনি ।। ব্রহ্মানা জীব শেম্বদা মমা লক্ষ ৮৪ শেম্মী ।। অমুক হন্না ৮৪ শি জাৎ ৫ থোক্লা খাইদোকই ।। ইশিংদা লৈদুনা হিংবা জীব জাৎতা মমা লক্ষ ৯ নী ।। পৃথীবিদা লৈনুংদা লৈবা জীব জাৎ মমা লক্ষ ১০ নী ।। মশা পান্দুনা পাইবা ঙম্বা জাৎনা মমা লাক্ষ ১১ নী মখোং ৪ পানবদগী হৌদুনা মখোং পান্দুনা চৎপা জাৎনা মমা লক্ষা ২০ নী ।। লেংদবা নুং, উ, ধাতুনচিংবা জাৎনা লাক্ষা ৩০ নী ।। অদুগা ব্রাঙাংবা

ওম্বা মীওইবা জাৎ পোকপদি মমা লাক্সা ৪ থকতনি ॥:০:॥ ইতি ॥ (২) জীব তত্ত্বদি মখল ৫ শিনা মরুনী লেপ্পা খংগদবনি ॥ জীব কদাইবু কৌবগে মদু হায়রি "সুক্ষ্মামনাং প্যহং জীব" হে ইতাও অর্জ্জুর্ন জিবদি ঐগী ওইবা ওাক্তনি অরেপ্পদি নিত্য দাসনী নং খংউ ॥ (২) ॥:০:॥

পয়ার:- "০" শুন্য বিন্দু আকাশাৎ উৎপতি ॥১॥ আকাশাৎ বায়ু উৎপতি ॥২॥ বায়ু স্যাৎ তেজ উৎপতি ॥৩॥ তেজ স্যাৎ আপউৎপতি ॥৪॥ আপ সাৎ পৃথিবী উৎপতি ॥৫॥:০:॥

পৃথিবী লীয়তে আপ, আপ লীলতে তেজ তেজ নীয়তে বায়ু বায়ু লীয়তে আকাশ লীয়তে বিন্দু সে বিন্দু লাগিয়াভাই চৈতন্য ভিক্ষারী ॥ সে লাগিয়া আশা কান্ধে ঝুলি করি ॥ বুঝি দেখ হাসে কান্দে কোন বিন্দু লাগি ॥ তনুপ্রাণ মনপ্রফুলিত কয়য়ে নর্ত্তন ॥ অপ্রাকৃত সেই বিন্দু করতার ॥ আশা সে বিন্দু হইতে হয় মাধুর্য্য প্রকাশ ॥ সাধনে সদয় হইয়া হৃদয়ে আসিয়া ॥ সে বিন্দু প্রদাকরে আপনা বলিয়া হাতে কড়য়া ॥ কাছ্যা ছিরা সেই বিন্দু লাগি মহৈশ্বর্য্য ত্যাগি গোসাঞি বৈরাগী ॥ ইত্যাদি ॥:০:॥ (১)

পয়ারগী অর্থ:- "০" শুন্য দগী অতিয়া (আকাশ) পোকই ॥ অতিয়াদগী নুংশিৎ পোকই ॥২॥ নুংশিত্তগী মঙাল (মৈ) পোকই ॥৩॥ মঙান্দগী ইশিং পোকই ॥৪॥ ইশিংদগী পৃথিবী পোকই ॥৫॥ মঙাশিংনি গুন শক্তিনী ॥:০:॥ অমসু হায়রি ॥

পৃথিবীদগী ঈশিং পোকই, ইশিংদগী মঙাল (মৈ) পোকই ॥ মঙান্দগী (মৈ)দগী নুংশিৎ পোকই, নুংংশিত্তগী অতিয়া পোকই ॥ অতিয়াদগী "০" পোকখি ॥ অসিগুম্বা বিন্দু রস থিবদগী কলি কান্দা শ্রী গৌরচন্দ্র প্রভুনা বৈরাগ্য ধর্ম্ম চত্তুনা (লম্বোইরগা)নাম ভিক্ষা তৌরিবশিনী ॥ অশিগুম্বা বিন্দু রস (মধুর রসবু) থিবদা অপাম্বা ব্রাখলনা লেংবান্দা ঝুলি খাও ওইনা য়াল্লি ॥ বিন্দু ময়েক্কীদমক কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনা কপ্লি, নোকই লংহংলি ॥ থব্রাই হকচাং তু চুংনা জগোই শাই ॥ অসিগুম্বা বিন্দু রস অসিদগী মধুর রস ফোংদোরকই ॥ মরম অসিনা শ্রী গৌরচন্দ্র প্রভুনা কলিদা সাধনা ভক্তি

তৌবিবশে থম্মোই য়াম্না নৌই মেংই ।। অসিগুম্বা বিন্দু বীজগীদমক থব্রাই হৃকচাং কৎথোকখি গুরুদেবদা ।। উনা শাবা খুজায় ফিশেগাইবা কছা লৈতেংখি ।। মথোক কারকপা পুন্সি লৈতেং পুম্নমক থাদোকখি ।। অদুগা বৈরাগ্য ধর্ম্ম চত্তুনা পুন্সি লেনখি ক্ষেত্র ধামদা জগনাথ (কৃষ্ণগী) নাক্ত লীলা থুপখি ।।:০:।। (১)

---

## ১৩। অথ সৃষ্টি কথ্যতে ।।

পয়ার:- একটি পুষ্পের তৃতিয় রস ।। জগত ব্রহ্মাণ্ড তাহাতে রস ।। প্রথম রসেতে পাঁচেরী জম্ম ।। গুণেতে বুঝি তাহার মর্ম্ম ।। দ্বিতীয় রসেতে করিবে জ্ঞাণ ।। তৃতীয় রসেতে করিবে ধ্যান ।। পাঁচটি দ্বীপেতে সাধিলে হইবে পার ।। তৎ অর্থ যথা এক পুষ্প বিন্দু হইতে তৃতীয় রস ।। অর্থাৎ সত্ত্ব তম ।। রজ ব্রাহ্মা, সত্ত্ব বিষ্ণু, তম শিব ।। ত্রি গুনী ব্রহ্ম হইতে ।। পৃথিবী আপ তেজ বায়ু আকাশ পঞ্চভুত ইতি ।। "পৃথিবী" নাশা হইলে গন্ধ গুন ।। "আপ" জীহবা হইলে রস গুন ।। "তেজ" চক্ষু হইলে রূপ গুন ।। "বায়ু" চর্ম্ম হইল স্পর্শ গুণ ।। "আকাশ" হইলে গুণ ।। ১ রূপ রস ২ গন্ধ ৩ স্পর্শ ৪ শব্দ ৫ পঞ্চস্থানে রহিল ।।:০:।। (১)

## লৈশেমলকপগী ব্বারম হায়গে ।।

পয়ারগী অর্থ:- সংসার বৃক্ষ কৌবা লৈ পাম্বী হৌরি । মহে অহুমগী মহাও লৈ ।। তাইবং পানবা অশিদা অদুগুম্বা রস অদুনা খুদম চল্লি ।। অহানবগী মহাওদগী মখল মঙাপোকই ।। মদুগী মগুন (মঙাল) গী অচেৎপা অথুপ্পা ব্বারমশিং চেকশিন্না খংগদবা ওই ।। অনিশুবা মহাওগী মমিংদি জ্ঞান অখংবা কৌই ।।০।। অহুমশুবগী লমচৎকী মিংদি ধ্যান (নিংবা) কৌই ।। রূপ রস শব্দ, গন্ধ, স্পর্শ মঙাশুবা থাংমৈগুম্না ঙাল্লবা রসবু পাম্না থৌরাং তৌজরবদি সংসার অসি লানগনি ।। বিন্দদুগী অরেপ্পদু হায়রি ।। মমিংদি '২সত্ত, রজ ত্তম" কৌই ।। মশি বিন্দু পুস্পদগীরস ৩ পোকখিবনি ।। "রাজ" গুন্দা ব্রহ্মা

লৈ, 'সত্ত" গুন্দা বিষ্ণু লৈ, "ত্তম" গুন্দা শিব মহাদেব লৈ ।। গুন অহুমশি ব্রহ্মদগী পোকখি ।। পঞ্চ ভুতকী মরম হায়রি ।।

অমুকসু ব্রহ্মদগী পৃথিবী ইশিং, মৈ নুংশিৎ আকাশ পোৎশক মঙা অসি পোকই (পুথোকই) গুণ ঙাক্তনি ।। পৃথিবীদগী মনম পোকই ।। মগুন খংনবা ইন্দ্রিনা নাতোম্নী ।। ইশিংগী মগুন্দি মহাওনি মগুন খংনবাইন্দ্রিনা লৈয়েংনি ।। মৈগী মগুন্দি শক্তম্নী (মুর্ত্তি)নী মগুন খংনবা ইন্দ্রিনা মিৎনি ।। নুংশিৎকী মগুন্দি শোকপ্নী অইং অশা খংবা ইন্দ্রিনা উনশানি ।। আকাশগী মগুন্দি ঙংবনি খংনবা ইন্দ্রনা খোঙ্জেলন্নি ১সুং (নাকোংনি) ।। মশক মমিং তোঙান ২ না হায়রি ।। শক্তম (মুর্ত্তী) ১ মহাও ২ মনম ৩ শোকপা খংবা ৪ খোঙ্জেল মশকনে৫ নি ।। হকচাংগী মফম মঙাদা চংদুনা লৈবদগী দেহগী মমিংবু পঞ্চ ভুত কৌই ।।:০:। (১)

পয়ার:- শিব তত্ত্ব কথনং যথা তামসিক শিব হইতে দশইন্দ্রি য়ের জন্ম ।। কি কি জন্ম বাক ১ পানি ২ পাদ ৩ বায়ু ৪ উপস্থ কর্ম্মেন্দ্রিয় জ্ঞাপনং ।। কর্ণ ১ চক্ষু ২ নাশিকা ৩ চর্ম্ম ৪ জিহবা ৫ এই পঞ্চ জ্ঞানেন্দ্রি য় জানিবে ।। সাত্তিক বিষ্ণু হইতে দশ দেবতার জন্ম ।। তৎ যথা ।। দিক পাল ইন্দ্রচন্দ্র বায়ু অর্ক প্রচেতসা আসিনী কুমার ।। এই পঞ্চ জ্ঞানেন্দ্রিয়ে জ্ঞান দেবতার স্থিতি জানিবা ।। আর বহ্নি ১ ইন্দ্র ২ উপেন্দ্র ৩ মিত্র ৪ প্রজা পতি ৫ ।। এই পঞ্চ কর্ম্ম দেবা কর্ম্মোন্দ্রিত স্থিতি জানিবে ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- মঙ্গল ওইরবা অচেৎপা অদু হায়রগে ।। তম গুণগী লমচত্তগী মঙ্গল ওইরবা হকচাংগী কয়াৎ ইন্দ্রি তরা পোকই ।। মদুদি করি করিনো হায়রবদি চিনবাল ১ খুৎ ২ খোং ৩ মনুংগী হকচাং ৪ অতোপ্পা মনুংগী হকচাংগী থোং ৫ মঙা অসিবু কর্ম্ম ইন্দ্রি কৌই ।। মথৌ মশক খংগদবা ইন্দ্রিনি হায়না উগদবনি ।। মরোল অমসু হায়রি ।। নাকোং ১ মিৎ ২ নাতোল ৩ উনশা ৪ লৈয়েং ৫ মখোই অসিনা জ্ঞান ইন্দ্রি লৌশিংগী হকচাং কয়াৎ কৌই ।। সত্ত্ব বিষ্ণুদগী লাই তরা অমগসু পোকই ।। মদুদি মাইকৈ ঙাকপা মখোই তরানি ।। মহাদেব ১ নুংশিৎ ২নুমিৎ ৩ গনেশ ৪ আশিনি কুমার

৫ হায়রিবা মঙাশি জ্ঞান পিবা ইন্দ্রি লাইঙাক্তনি হায়না খংগদবা ওই ।। লাইশিং অশি লেংদবা লাই ঙাক্তনি ।।০।। অমগসু হায়বি ।। মৈ কৌবা ১ সুরারেল কৌবা ২ উপ্রেন্দ্র কৌবা ৩ নুমিৎ কৌবা ৪ ব্রহ্মা কৌবা ৫ অসিগুম্বা মঙাশি মথৌ খংবা লাই মথৌদা পুক্লিং চংই হায়না খংগদবা ওই হাযবশি মীওইবনা চেৎনা খংগদবামরুনী ।। :০:।। (১)

পয়ার:- প্রথম রসেতে পাঞ্চ দ্বীতিয় রসেতে দশ ।। তৃতীয় রসেতে দশ দুই মিলিত্ব পাচিশ জানিবা ।। পঞ্চ নিগুন লিলা কথনং ।। দশ ইন্দ্রিয় দশ দেবতা আর সত্ত রজ তম আর ।। মন এই চর্ব্বিশ তত্তে কাম গায়ত্রি শরির জানিবা ।। অনিত্যনা রবে ভাই নিত্য মন্ত্র সাক্ষি ।।:০:।। (১)

## ১৪। অথ আত্ম তত্ত্ব কথনং ।।

শ্লোক:- বদন্তোপি বদয়ন্ত্যেপি চাপর ।।আত্মা জ্ঞানংন জানন্তি দ্রবিপাকে রস সংযুক্তং ইতি ।।(১)

পয়ার:- আকাশাৎ উৎপদতে কাম, ক্রেধ লোভ মোহ মদ মশ্ছার্য্য এই ছয় মুর্ত্তি রিপুগন জানিবে ।। ইহার স্থিতিমন সর্ব্বাঙ্গে স্থিতি ।। কাম লেঙ্গে, গুহ্য ক্রোধ, লোভ ঞ্চনাভি মণ্ডল । মোহঞ্চ হৃদি শৈচ মদ মাশ্চর্য্য দ্বিদলে স্তথা ইত্যাদি জ্ঞপনং ।।:০:।। (২)

---

পয়ারগী অর্থ:- অহানবা রসনা মঙানি অনিশুবা রসনা তরানি ।। অহুমশুবা রসদনা মশিং তরা অদু অনিগা মঙা অমগা তিন্নশিল্লগা পুন্না মশিং কুনমঙা শুই হায়না খংগনি ।। অদুগা মশিং মঙা অমদি মায়া চংদবা মশকনী হায়রি।। ইন্দ্রি তরা লাই তরা অমসুং সত্ব রজ তম মহতত্ত্ব কুনগা মরিনী ।। তত্ত্বনা হকচাংনি গায়ত্রিনা মন্ত্রনি ।। তারো হেমন মন্ত্রনা শাক্ষিনী অবেপ্পনি ;লপ্তবা অমত্তা য়াওদে ।।:০:।। (১)

## ১৪। থৱাই মশক তাকপা ব্রারমনি ।।

শ্লোক্কী অর্থ:- অখংবা পণ্ডিতশিংনা ঙাংনরি জ্ঞান যোগ কর্ম্ম যোগ সাধনা যোগ অহুমগী মতুংইন্না হন্না ২ ।। অদুবু থৱাই মশক্তি (আত্মা) দি খংব ঙমদে ।। উঁহৈ মুল্লবদি মহাও অদুনা মহি ওইনা শিহ্রবনা মশকখংবা ঙম্মি ।। (ইতি) ।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- আকাশ শুনতরং (অহাংবদগী) শক্তম তরুক পুথোকখি ।। মদুদি ১ অপাম্বা ২ অশাওবা ৩ মিহৌবা কল্লকপা ৪ ঙকপা ৫ ময়াই কাবা নুংনাংবা খোয়শাওবা ৬ শক্তম তরুকশিনী জীবগী য়েক্লবনি ।। মখোইশিংগী লৈফমদি পুক্লিংদা লৈফমনি ।। অপাম্বদি হকচাং পুম্বদা লৈফমনি ।।অপাম্বা মিহৌবা লিঙ্গদা লৈ ।। অশাওবনা গুহ্যদা লৈ ।। মিহৌবা কল্লকপনা থম্মোইদা লৈ ।। ময়াইকাবা নুংনাংবা অনিনা ব্রাখল ফত্তবদা লৈ ।। য়েক্লবা তরুক্কী লৈফমশিংনি হকচাংগী কয়াশিংদা ।। মশি মীওইবনা চেকশিন্না খংগদবা ওই ।।:০:।। (২)

পয়ার: বাযুস্যা উৎপদ্যতে গুহ্য অপান ।। সমান নাভি মণ্ডলে উদ্যান কণ্ঠ দেশঞ্চ ।। ব্যাণ সর্ব্ব শরীরে তেজস্যাৎ দো প্যদ্যতে ।। ১ জীবাত্মা ২ ভুতত্মা ৩ পরমাত্মা ৪ আত্মা ৫ আত্মা রামেশ্বর এই পঞ্চ স্থিতি ।। জীবত্মাা লিঙ্গ মুলে ১ ভুতত্মা গুহ্য মণ্ডলে ২ পরমাত্মানাভিদেশে ত আত্ম রামঞ্চ হৃদয়ে ৪ আত্মা রামেশ্বর চৈব দ্বিদলেপ্রকী র্স্তিতা ।।:০:।। অস্যা উৎপদ্যতে ।। স্থুল জীব ১ বদ্ধ জীব ২তটস্থ জীব ৩ মুক্তা জীব ৪ সুক্ষ্ম জীব ৫ ।। এই পাঁচের স্থায়ী দ্বোমাসাবধি । স্থুল জীবনে ।। অষ্ট মাসানি তটস্থ কা: ।। তদুর্দ্ধে মাসামোহঞ্চ বদ্ধ জীব স্বউচৎতে ।। গুরুপদা শ্রয়া যস্ত মুক্ত জীব মুদাহৃতা ।। গোপীভাব সদা কৃত সুক্ষম জীব স্বউ চ্যতে ইত্যাদি জ্ঞেয়ং ।।:০:।। (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- নুংশিত্তগী প্রাণ কৌবা থৱাই (প্রাণ)পোকই ।। গুহ্যদ্বারদা অপানগী লৈফমনি ।। খোইদৌদনা সমান কৌবা প্রানগী লৈফমনি ।। খৌরি চরমদনা উদ্যানপ্রানগী লৈফমনি ।। হকচাংগী কয়াৎ পুম্বদা শিনবা থুংনা শিৎতুনা লৈবা প্রাণ (থৱাইনা) ব্যান কৌবনা লেংদনা লৈ ।। মখোইশিংদুগী

## বাধা কৃষ্ণগী অচেংপা ফোঙদোকপা
## অনিশুবা তাঙ্কক

থব্বাইগী মিংলেন্না ১ জীবত্মা ২ ভুতাত্মা ৩ পরমাত্মা ৪ আত্মারাম ৫ আত্মা রামেশ্বর হায়না কৌই ।। ভুতাত্মা (দেহগী) থব্বাই মঙাগী মমিং অমসুং লৈফমনি ।। জীব কৌবা থব্বাইদি কামগী লৈফমদা লৈ ।। থব্বাইমি নাগুহ্য দ্বারদা লৈ ।। থব্বাইমি নাগুহ্য দ্বারদা লৈ ।। পরমাত্মানা খোইদৌ থম্বালদা লৈ ।। আত্মা রামদি থম্মোইদা লৈ ।। আত্মারামেশ্বরদি কোথক্তা লাইবক পিশুম অনিগী ময়াইদা লৈ হায়না লাইরিক্লা হায়রি ।।:০:।।

জীবশিং অসিগী চৎনবি অদু হায়রি ।। ১ অচৌবা জীব ২ ফকচিল্লবা জীব ৩ ময়াই লেপ্পা জীব ৪ অরান খু ভম ফংলবা জীব ৫ অকুপ্পা জীব হায়রিবা শক্তমশে মিতম ঙাক্তনি ।। থা অনিগী অচৌবা জীবনা থা নিপালনি ময়াই ওইবা জীবনা ।। মদুদগী হল্লকপা (মথক্লা) মায়ানা ফকচিল্লবা ঙক্লবা জীববু বদ্ধ জীব কৌই হায়রি ।। অমনা শ্রী গুরুগী চরন্দা চংজরবা প্রণালিকা তমজদুনা দীক্ষা মন্ত্র ফংরীবা অদুগুম্বা মপোক জীবদুবু অরানবা খুভম ফংলবা মপোক কৌই ।। ঐগী হায়বা ব্বাখল থমদ্রবা ব্রজ অনুগত ওইদুনা গোপীগী ভাব পুকচেল চেল্লবদি ।। মহাকপু সুক্ষ্ম (ব্বাখল খলবা) জীব মপোক মশক খংলবা কৌই হায়রি ।।
মশি লাইরিক পুন্নমক্লা তাকই ।।:০:।। (১)

পয়ার: পৃথিবী হইতেরূপ, রস গন্ধ, স্পর্শ, শব্দ ।। রূপ চক্ষু, রস জীহবাতে গন্ধ নাশিকাতে, স্পর্শ চর্ম্মেতে, শব্দ কর্ণেতে ।। আরও জীবাত্মার বর্ন ভাবাদি কথ্যতে জীবত্মা রক্ত বর্ন জলাহার কর্ম্ম ভার হরণ ।। ভুতত্মা হরিতাল বর্ন বায়ু আহার করেন ।। কর্ম্ম ছয় রিপু বৃদ্ধি করে ।। পরমাত্মা বিদ্যুবর্ন ভাষ ভক্ষন করে কর্ম্ম ভাবনা অন্তরে আত্মারাম চন্দ্র বর্ণ নামামৃত ভক্ষন হাস্য রহস্য কর্ম্ম করে ।। আত্মারামেশ্বর সুর্য্য বর্ন জ্ঞান বুদ্ধি বল দেন ।। গোপী রুপে সাধ্য করা বৃন্দাবন ধাম ।। নিত্যবৃন্দা বন কোথা মুলদ্বীপ মুলদ্বীপকোথা কল্প বৃক্ষ তথা ।। কলপ বৃক্ষ কোথা শুন্য বৃক্ষ যথা ।। শুন্য বৃক্ষ কোথা শ্রী চৈতন্য তথা ।। অদ্বৈত নিত্যানন্দা দুই স্কন্ধ উপজিল ।। অদ্বৈতের ডালে দেখ নবদ্বীপ হইল ।। নিত্যাইন্দের ডালে হইল বৃহৎ

বৃন্দাবন ।। আত্মা তত্ত্ব: কৃষ্ণ তত্ত্ব: ভক্তি তত্ত্ব সার ।। আত্মা সাধ্য সাধন কথা অপুর্ব্ব সিদ্ধান্ত ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- পৃথিবীদা গুন মঙা লৈ মুর্ত্তি (শক্তম) ১ মহাও ২ মনম ৩ শোকপা খংবা ৪ খোঞ্জেল ৫ মখলশি লৈ ।। মিংকী মগুন্দি শক্তম (মুর্ত্তি) উবা লৈয়েংগী মগুন মহাও খংবা ।। নাতোনগী মগুন মনম নম্বা, শোকপা খংবনা উনশাগী মগুন্নি ।। নাকোংগী মগুন্দি খোঞ্জেল (মখোল তাবা ফংবনি মশি ইন্দ্রিশিংগী মগুন্নি খংগদবনি ।। জীবাত্মানচিংবগী মচু অমসুং চিঞ্জাক হায়রগে মখাশিদা ।। জীবা আত্মাগী মচুদি অঙাংবা মচুনি ।। চিঞ্জাক্লা ইশিং চাই মথৌদি থৌদোকশিংগী অৱাবা কোকহল্লি ।। ভুতাত্মাগী মচুদি য়াইঙং মচু মাল্লি চিঞ্জাক্তি নুংশিৎ চাই । মাগী মথৌদি য়েক্লবাতরুকশিংবু পাঙ্গল কলহল্লি ।। পরমত্মাগী মচুদি নোংথাংগী মচু মাল্লি ।। চিঞ্জাক্লা ৱা ঙাংবনা চিঞ্জাক ওই ।। মথৌ থবক্তি ৱাখল খনবনা মহাক্কী থবকনী ।। আত্মারামগী মচুদি থাবল মচু মাল্লি ।। চিঞ্জাক্তি হরি নামগী মহাও অমৃত চাই ।। মথৌদি পাওসনবা রসগী থবক তৌই ।। আত্মারামেশ্বরগী মচুদি নুমিৎকী মচু মাল্লি ।। মথৌদি লৌশিংগী মঙাল হেন্দোকনা পীবনা মহাক্কী থবক ওইরি ।। অসিগুম্বা ৱাখল জ্ঞান অসিনা সিদ্ধ দেহনাগোপীগী শক্তম ওইজনবা থৌরাং তৌই ।। লেংদনা বৃন্দাবন ধামদা ঐগী লৈফম ওইনবা বৃন্দাবনবু সাধনাদা উজগনি ।।:০:।। লেংদবা বৃন্দাবন কদাইদা লৈবগে ।। মরূ অচেৎপদা লৈ ।। মরু অচেৎপা মুলদ্বীপ কদাইদা লৈবগে ।। কল্প বৃক্ষ হৌবা (লৈবা) লমদমদা লৈয়ে ।। অদুগুম্বা নিরুবা খুদিংমক পীনবা হৌবা লমদমদো কদাইদা লৈবগে ।। সুলত্রং অতিয়াদা লৈয়ে: ।। অতিয়া শুনত্রং কদাইদা লৈ কল্প বৃক্ষ মুর্ত্তি শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙোনি ।। অনি পুনবা শক্তম মুর্ত্তি বিন্দু চুম্বোম্নী ।। অদ্বৈত কৌবনা ভক্তি পাম্বিগী অহানবা মশা লমচৎনা সেবানা ধাম নবদ্বীপ্পু লেংদবনি উহল্লি ।। নিত্যানন্দগী থৌজালগী মশাদি বৃন্দাবনবু চিন্ময় ধামনি হায়না খংহল্লি ।। নিত্যানন্দগী থৌজালগী মশাদি বৃন্দাবনবু চিন্ময় ধামনি হায়না খংহল্লি ।। থৱাই মঙাগী অরেপ্পা কৃষ্ণ অচেৎপা গুণ শক্তম ।। সেবা তৌজবগী অরোইবা তেমথেং ।। ইথৌরাং তৌগনি হায়না মহাজনশিংনা তাকপিরমই ।।:০:।। (১)

পয়ার:- আত্মারাম বস হইল কিছে আহার নিদ্রা যোগে ।। জীবাত্মাবস হইল কিছে নিষ্ঠা ভক্তি হইতে ।। ভুতত্মা বস হইল কিছে ভক্তি সাধনেতো ।। পরমাত্মা বস হইল কি ছে ভক্তি ধ্যান যোগে: ।। চিন্তা গান মধ্য রবে ।। আত্মারামেশ্বর সব হইলেকিছে হরিনাম প্রেম রাগানুগা ভাবের শৃঙ্গার । এই মতে আত্মা তত্ত্ব অঙ্গেতে ধরিয়া ।। ছয় রিপুসদা হীনকরিয়া মনের ধীন ।। কৃষ্ণ চন্দ্র করিব স্মরণ ।। আপনি পালাবে যাবে শুনিয়া গোবিন্দরবে ।। সিংহরবে (গর্জ্জিয়া) যেন করিগন ।। সর্ব্ব ধর্ম্ম ত্যজি করযুগল ভজন ।।:০:।। (১)

## ১৫ অথ চক্র ভেদ কথ্যতে

পয়ার:- বত্রিশ শক্ষর গোলোকস্থ মহৎ ধাম সহস্র দল ।। হ ক্ষ ইতি দ্বিদলং অনাহুত চক্রং ভ্রু মধ্যস্থ ।। অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৠ ঌ ৡ এ ঐ ও ঔ অং অঃ ।। ইতি ষোল্লোক্ষর শড়স দল রাস মণ্ডলং কন্ঠস্থং ।। ক খ গ ঘ ঙ, চ ছ জ ঝ ঞ ট ঠ ইতি দ্বাদশাক্ষর দ্বাদশ দল চ ক্র হৃদি স্থিতি ধ্যান মন্দিরং ।।:০:।। (২)

পয়ারগী অর্থ:- মথক্কী যুক্তা থোখিদ্রিবা বারম ঙাক্তনি আত্মা রামবু শাগোন্ননা হোৎনজবনা তুম্বা চাবদা আত্মদা তিল্লি ।। জীবাত্মাবু খুদম চনবনি নিষ্ঠা ভক্তিতনা মথৌনি হকচাং পানবশিংগীসু ।। ভক্তি সাধনা তৌজরবদি পরমাত্মা ভগবানবু ধ্যান ভক্তিনা থৌগলগনি ।। বাখলনা নিংগদবশিংগী মরক্তগী আত্মা রামগী শক্তম্না অথোইবনি ।। আত্মা রামেশ্বরবু হরিনাম শোন্দুনা প্রেম কৎলিবদু অপান্বাশৃঙ্গার রসবু ফংনবনে ।। মতৌ অসুম্না আত্মা তত্ত্ববু ইশানা খংজগনি ।। য়েক্লবা তরুক থাদোকলগা পুক্লিংবু ফাজিল্লগা শ্রী কৃষ্ণ চন্দ্রবু নিংজগনি ।। হরি ভক্তিনা ইথৌ ওইরবদি য়েক্লবশিংদু চেনখিগনি ।। গোবিন্দগী নাম শোঞ্জবদগী ।। নোংশানা ঙংবা খোঞ্জেল তারগা শামু শঙ্গুনা চেনখিবগুম ।। মরম অসিনা হেমনভাই কৃষ্ণনা য়াবা থবক তৌরশি বেদগী পাওতাকশিং তোকলসি ।। রাধা গোবিন্দবু সেবা তৌজরশি ।।:০:।। (১)

## চক্রুগী মথাই ময়েক্কী মণ্ডন হায়গে ।।

পয়ারগী অর্থ:- ময়েক মপী কুম্ভানিথোইশি গোলোক কৌবা হরিগী অথোইবা লৈফম্নী ।। লৈনা লিশিং পানবা থমচেৎকী মশকনি ধামশি ।। হ ক্ষ ময়েক অনিনা লোম্বা অনিশুবা কুয়োমনি ।। শেমু শারুবা লৈতবা চক্রনি ধামনি পুন্নমক্কী ময়োন্নি ।। অ আ ই ঈ, উ ঊ ঋ ৠ ৯ ৯ এ ঐ ও ঔ অং অঃ ময়েক তরা তরুকনী ।। ময়েকশি রস লৈবা দলনি রাস মণ্ডলনি বৃন্দাবনগী থৌরিনি ।।০:।। ক খ গ ঘ ঙ, চ ছ জ ঝ ঞ, ট ঠ হায়রিবা ময়েক তরানিংথোইশিংনা দল তরানিথোইগী আধার চক্রগী (খোইদৌনি) লৈফমনী ।। স্মবণ তৌফম ধ্যানগী উগদবা মন্দির (য়ুম) নি সিংহাসন্নী ।।:০:।। (২)

পয়ার:- ড় ঢ় ণ, ত থ দ ধন, প ফ ইতি দ শাক্ষর মণি পুরক চক্র দশদলে নাভি স্থিতং ।। বভম, যরল ইতি ষড়াক্ষরং ষট চক্রে গুহ্য দেশস্থিতি ।। বশ ষস ইতি চতুরাক্ষরং চত্তুর্দ্দলং ।। স্বাধিস্থানচক্র লিঙ্গ মুলে স্থিতি ।। ইত্যাদি ষট চক্র ভেদে জ্ঞপন ।। ইংগ্রা পিঙ্গা মধ্যে সুষম্না সা খলু ত্রিধা ।। ভ্য সুষুম্না অন্ত র্গতে ভজ নারী তৎ ভজ অন্তর্গ তোত্রানারি তৎচিত্রা নারী অন্তর্গাতে শঙ্খি কানারী ।। তৎ শঙ্খিকা অন্ত র্গতে ষড় চক্র ।। তৎষট চক্রস্য মধ্যেস্থং ব্রহ্মরন্দ্র সম্ভব।। তস্য ব্রহ্ম নারী পঞ্চ ধারাবিরাজতে ।। তত্রত্তেষাং মধ্যে লঘু ধারা অধ উর্দ্ধ রয় ।। রসিক ভকত ডুবিয়া রয় ।। কৃষ্ণদাস বলে এবেকি উপায় ।। দেখিয়ে কঠিন পন্থ ঃ ।।) অস্যার্থং ।। আনন্দ মদন দুহারি ধাম কল্প বৃক্ষ তাহারি নাম ।। প্রথমে পল্লব দুইটি ডুগাদ্বা দশ পল্লব তাহারি আগা ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- ড় ঢ় ণ, ত থ দ ধন, পফ ময়েক তরাশিনা মণিগী মকোই নাইবা চক্র মনা তরা পানবা দলগী মশক্কী ।। মশিনা খোইদৌ থম্বালনি হায়রি ।। আধার চক্র অমসুং খোইদৌদা লৈফমনি মহাক্কী ।। বভম যরল হায়বা ময়েক তরুকনা ষট চক্র (চুথেক) ৬ পানবা চক্র কৌই ।। মথা থংবা থোংদা মহাক্কী লৈফমনি ।। গুহ্য ইন্দ্রি কৌই ।। ব শ ষ স ময়েক মরিশিনা মমাই মরি পানবাা দলনি ।। অসিগুম্বা চক্র লিঙ্গগী হৌরকফমদা মহাক্কী লৈফমনি ।। অসিনচিংবা হকচাংগী কয়াৎতা লৈবা চক্র (ফম্পাক) তকক্কী

মাখাইসে খংদবা য়াদবা পোৎনি ।। ইংগ্রা পিংগ্রা অনিনা নাক-য়েত্তা লৈ ।। সুষুম্না শিংলি ময়াইদা শিংলি অচৌবা অহুমনি, খোইগী মনাক্তনি লৈবদি ভৎ কারনা সুষুম্না শিংলিগী মনুংদা ময়াইদা লৈবা শিংলিবু চিত্রল্লি নারী শিংলি লৈ চিত্রিনি শিংলিশে চিত্র শঙিখকা ।। শঙ্কিকা নাকোল্লি ।। শঙ্খিকা মনুংদা আত্মা ব্রহ্ম লৈ খোইগী মথক্তা লিশিংগী ময়াইদা পরমত্মা ভগবান্না লৈবদগী মথক্কী অহোবা লম্বী নুংশিৎ চৎফমবু ব্রহ্ম রন্দ্র কৌই ।। অদুগুম্বা চুথেক তরুক নাইবা মফমদো সৎ চক্র হায়না খংনগনি ব্রহ্মরন্দা খোই মখক্তগী কোক্কী ময়াই লেম্ফু ফাওবা শিংলি ৫ না কৌইশিন্দুনা ভগবানবু থৌগল্লি ।। মদুদগী ময়াইদা ইচেল নামথক মখা শিংলি অনিনা সম্বন্ধ ওইরি ।। অসিগুম্বা অথুপ্পা রসবু চাবা হৈরবা বৈষ্ণবশিংনা রসদা লুপ্লি ।। কৃষ্ণদাস তোল্লবনা হায়জরি করি উপায়নো খলুবদা চেৎলবা লম্বীনি ।। আনন্দ, মদন অনিগী লৈফমনি মিংনা শিদবাউপাম্বীনী হায়রী ।। উপাম্বীশিং অহানবা মনা ২ পাল্লি অদুগা মনাগা মশাগনা তরানিথোইনা ময়োম্না লৈতেংই ।।:০: ।। (১)

---

পয়ার:- চৌষটি বর্ন ধরিয়াছে পাতে ।। ষোলটি পুস্প ফুটি য়াছে তাতে ।। ছূয়া টি লতা বেড়িয়াছে তায় ।। সকল জগতে মেলিয়া খায় ।। ষোল্লটি পুস্পের দুইটি বিচি ।। আনন্দ মদন সদাই রুচি ।। দশ দিগে বই দশটি ধারা ।। আস্বাদন করে রসিক সারা এক ধারা আহল গোলোক ভেদি ।। গোর্ব্বধনে আছি পঞ্চ ধাবার নদী লঘু ধারা অধ উর্দ্ধ রয় ।। রসিক ভকত দুবিয়া রয় ।। কৃষ্ণ দাস বলে রসেরী পাড়া ।। এরস ডুবিল নাহিক সারা অস্যার্থ ।।:০:।। আনন্দ মদন ব্রহ্মার দুর্ল্লভ নাম সবে দুই অক্ষর ।। কল্প বৃক্ষ শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভু একাক্ষর ।। দুইটি ভুঁগা অদ্বৈত শ্রী নিত্যানন্দ ।। দ্বাদশ পল্লব ভাব অষ্ট রস দুই ।। তত্ত্ব দুই এতে মিলিত্বা দ্বাদশ রস ।। মতান্তরে দ্বাদশ গোপাল জপনং ।। চৌষটি বর্ন হরিনাম চৌষটি অক্ষর চৌষটি রস ।। অর্থাৎ কলৌ চৌষষ্টি মহন্ত ।। ষোল্লটি পুস্প ষোল্লনাম ।। অষ্ট সখি ৮ অষ্ট নায়িকা ৮ এতে ষড় শোরস ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- হায়রিবা কল্প বৃক্ষশে ময়েক ৬৪ত না মনাওইনা পাল্লি ।। মপান্দি তরা তরুক ১৬ শাৎলি ।। উরি তরুকনা ৬ পাম্বিদুদা য়েৎলি ।। জগত্তা লৈরিবা জীবশিংনা য়েন্নদুনা চারি ।। মপান তরাতরুক্কী মহৈ মালি

অনিনা ২ যেল্লি ।। মমিংনা আনন্দ মদন কৌই ।। মীপুম্বনা পামনৈ মহাওদুগী মগুন্দি চারুবদা মাইকৈ তরাদা ১০ রস তরানা ১০ শিষ্থুরি ।। অসিগুম্বা প্রেম রসবু রসিক বৈষ্ণবশিংনা চুপ্লি মহাওদো অসিগুম্বা ভক্তি লতাগী ময়োলনা (ইচেম্না) লাক্তুনা চেল্লক্তুনা গোর্ব্বধনগী কল্প বৃক্ষ হৌরিবা মফমদা চেলশিল্লি ।। ইচেল ৫ না (পঞ্চ রসনা) ।। অপিকপা ইচেল মচা অদুনা ভক্তি পাম্বীদা থৌগললি ।। অসিগুম্বা রসদা বৈষ্ণবশিংনা লুপ্পী ।। তোল্লবা কৃষ্ণদাসনা হায়জরি হরিনামগী রসবু চুপ্লবা মীওইবদুদি ।। বৈরাগ্য চৎত্রবা মপোক কৌই ।।:০:।। মশিগী অর্থ অমগা হায়রি ।। আনন্দ মদন হায়বদি নুংঙাইবগী মশক কামদেবনী ।। ব্রহ্মা কৌবনা ফংবা ওমদ্রবা নামনি ময়েক্লা ২ নিতা ওইবা শিব লৈতবা নিরুবা রস পীনবিরিবা শ্রী চিতন্য মহা প্রভুনি ময়েক অমতনি ।। চৈতন্য কল্প বৃক্ষগী মশা অনিগী মশকনি অদ্বৈত নিত্যানন্দ ২ না ।। মনানা ১২ নী ভাবনা ৮ নি রসনা ২ নি তত্ত্ব অদু মুখ্যদা ৫ শান্তা দাস্যানচিংব গৌনদা ৭ হাসৎবীরনচিংবা পুল্লগা রস ১২ নি ।। মত অমদা গোপাল শলশেন নহা১২ গী মশক্লি হায়না খংনগনি ।। ময়েক খাইদোকলগা মশিং ৬৪ নি রসসু ৬৪ মহাওনী ।। কলিকাল সিদনামহন্ত ৬৪ বুনি হায়না খংগনি ।। মপান্না ১৬ নি মিং হায়রগা ষোলোনাম ১৬ পু হায়বনি ।। সখিদা হায়রগা সখি ৮ নী ।। নায়িকা ৮ নী হায়রিবা রস ৮+৮ =১৬ মশিংশি রস ঙাক্তনি ।।:০:।। (১)

পয়ার:- ছয়টি লতা ষট্রাক্ষর অথাৎ ছয় ঋতু ।। সংসার বেড়াণ করিয়াছে অতত্রব সংসার খাইতে ।। ষোল্লেষড়ষ রসে উৎপন্নতা দুইটি বিচি ।।০।। ঐশ্বর্য্যা মাধুর্য্য ।। আনন্দ রাধা মদন কৃষ্ণ ।। দুই কাম প্রেম বরই রুচি সেই প্রেম দশদিগে বই ।। অথাৎ দশেন্দ্রি বহন করিতেছে ।। সেই রস রসিক ভকত আস্বাদন করিতেছে ।। অর্থাৎ পঞ্চ দ্বারা শ্রী হরি স্মরনে চরণ সেবতে লক্ষী দাস্যসেবতে হনুমান সখ্যসেবতে অর্জ্জুন ।। আত্মা সমর্পনে বলি রভূৎ ।। তদন্তরগতে লঘু ধারা অর্দ্ধ উর্দ্ধ ব্যপিত মধ্যস্থ: ।। শ্রী বৃন্দাবন মধে নিকুঞ্জ মন্দিরে চত্তুর রস ইহার অন্ত ।। সাধু গুরু জানে ভাই আর কেহ লক্ষই নাপারে ইত্যাদি জ্ঞাপনং ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- উরিসু তরুকনী ৬ নি ময়েকসু তরুকনী ৬ নি (সখি ৬ মঞ্জরী ৬) নি অমনা ঋতু ৬ নী হায়রিবা তরুক অসিনা সংসার অশিদা শিনবা থুংনা য়েল্লি ।। জগৎ জীবনা রস অসিবু য়েন্নদুনা চানরি ।। শোল্লো নামদগী

রস ১৬ পোকই ব্রাহং ২ না মহাকপু হংণ্ডি ।। বৈধিনা রাগ কৌবা লম্বী ২ শিনা থীরি ।। বৈধিভক্তিনা তৌবাঙম্বা মতিং শক্তম (ঐশ্বরর্য্য) লমবিদা ।। নুংশিনা পাম্বমক্তনা খৌরাংবা শক্তমবু নিংবা রাগ ভক্তি কৌবা লমচংনা ।। অঙানবা নুঙাইবা কাওবা লৈতবা শক্তম হায়বদি রাধা হায়বনি ।। ফজবা নুংশিবা অরেপ্পা (বিষয়) গী শক্তমনি কৃষ্ণ কৌই ।। রাধা কৃষ্ণ অনিবু নুংশিনা পামজনা নিংববু রাগ ভক্তি পেনবীনবা সেবাবু পামনরিবা মরি তত্তববু প্রেম লৈবা কৌই অসিগুম্বা প্রেমনা মাইকে ১০ দা ঙাল্লি ।। অমনা হকচাংগী কায়াৎ ১০ দা ইন্দ্রিশিংনা পুজবা মথৌনি অসিগুম্বা যুগলগী প্রেমরসবু রসগী মহাও খংলবা ভক্তশিংনা রসবু চুপ্পী ।। শ্রবনচিংবা ভক্তি অঙ্গ মখল ৫ না ইন্দ্রি ৫ বু হরি ভক্তি তৌজবদগী ।। পরিক্ষিতনা শ্রবন ভক্তিদগী কৃষ্ণ কাওদবনা পুক্লিং লেপ্পী ।। লক্ষ্মী দেবীনা ক্চরনসেবা তৌজবদগী নরায়নদেব ফংখি ।। দাস্য ভক্তি রসদা হনুমানবুখংনৈ ।। সখ্য রসদা অর্জ্জুন্না কৃষ্ণ ফংখি থব্রাই হকচাং কৎথোকপদা (আত্মাসমর্পনদা) বলি মহারাজনা কৃষ্ণ ফংখি ।। বৈধি ভক্তি অঙ্গনা ।। অমনা রাগ ভক্তি অথুপ্পা অপিকপা ভক্তিগী ইচেলনা ময়াইদা চেল্লি ।। বৈধিগী কুয়োম অনিনা মতাইদা মথক মখা অনিদা চেল্লি ।। ময়াইদা লৈরিবা হরিগী ক্ষেত্র বৃন্দাবন্নী ।। বৃন্দাবনগী ময়াইদা মণি মন্দিরদা শ্রীরাধা গোবীন্দা অনিবু রস ৪ না থৌগল তৌরি ।।

## অনিশুবা শরুক্কী অরোইবা তাঙ্কক (১)

পয়ার:- জয় জয় শ্রী চৈতন্য জয় নিত্যানন্দা ।। জয়াদ্বৈব্দত চন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ ।। জয় রূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ ।। শ্রী জীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ ।। এস ছষ গুরু করি চরণ বন্দন ।। য়াহা হৈতে বিঘ্নি নাশ অভিষ্ট পুরন ।। এই ছয় গোসাঞি যবে ব্রজে কৈলা বাস ।। রাধা কৃষ্ণ তত্ত্ব সার করিল প্রকাশ ।। রঘুনাথ তত্ত্ব প্রকাশপদে যার আশ ।। দাস দৌভাগ্য কহে দ্বিতীয় বিলাস ।। ইতি শ্রী অষ্ট কালিন সংযোগ তত্ত্ব তত্ত্ব জ্ঞান বস্তু সহিতং সৌভাগ্য দাসেন বিরচিতা ভজন চন্দ্রিকা দ্বিতীয় সর্গ ।। সমাপ্ত ।। :০: ।।(১) রসদি (দাস্যরস ১ সখ্যরস ২ বাসল্যরস ৩ শৃঙ্গার রস ৪) সিবুনি অসিগুম্বা মধুর রসবু বৈষ্ণবশিংতনা চুপ্পী ।। বৈধি ভক্তিগী লম্বীনদি ব্রজ রসদি মপোক

## তত্ত্বপ্রকাশ
## অনিশুবা তাঙ্কক

কয়াদসু ফংলোই রাগ ভক্তি নত্তনদি ।। হায়বশি খংগদবনি ।।:০: ।।(১)??

পয়ারগী অর্থ:- শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনা জয় ওইরি নিত্যানন্দনা জয় ওইরি ।। অদ্বৈত চন্দ্রনা জয় ওইরি গৌরভক্তনা জয় ওইরসনু ।। খুরুমজরি শ্রী রূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ ।। শ্রীজীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ গোস্বামী ইবুংঙোং তরুক্কী চরন্দ খুরুমজরি ।। গুরু ৬ কী থৌজান্দগী ঐগী নিংবা থুংজগনি ।। গোস্বামী ৬ না ব্রজদা লৈবিরম্বদগী রাধা কৃষ্ণ ২ গী নিত্য লীলাবু ফোংদোকপীরম্মী ।। রঘুনাথ কৌরবা "তত্ত্ব" মুর্ত্তি পাল্লবগী চরন্দা মাগী আশানা লৈজরদুনা ।। তোল্লবা সৌভাগ্য দাসনা ইজবা তত্ত্ব প্রকাশগী তাঙ্কক লোইজরে ।।

?? ব্বা ঙাংবদা শকপদা শোনবদা মতৌনা বৃন্দাবনগী ব্বা ঙাংবা ।। ব্রজ পন্থ ভজন্নচিংবগী ব্বারোল তাকপা মশাদ চত্তবা ।। পুক্লিং থম্মোইদা তোংজবা ওইজবা অপাম্বনা খুদুম চন্দুনা পুকমিন্নম্বা ।। মনুং মপান নাইবা সাধু গুরু সেবানদি মং ফাওবা বৃন্দাবন উবা ঙম্মোই ।। টিকা ।।
ইতিপদ মপুং ফানা কাল ৮ গী লীলা অচেৎপা খনংবা খরদ ওইনা ভজন চন্দ্রিকা ইজবা ২ শুবা বিলাস মতাংসিদা লোইজরে ।। :০:।।

## অথ তৃতীয় সর্গ ॥

১। তথাহি শ্লোক:- অধর মধুর বেনু বাদ্যয়ন্তং অনঙ্গং ব্রজ পুরবনীতানাং বর্দ্ধয়ন কামদেবং করুণ বর্ণ শ্যাম কামঙ্গ বীজং মনোহর পর বেশং কৃষ্ণ চন্দ্র ভজামি ॥:০:॥ (১)

### তথাহি তত্রৈব ॥

২। মৃগেন্দ্রং মধ্যগং মুখেন্দ্র হাস্য রঞ্জিতং মুনিন্দ্র বৃন্দ সেবিতং নমামি কৃষ্ণ সুন্দরং ॥:০:॥ (২)

৩। ধৃত কটিত ডোরং কমণ্ডুলু দণ্ডং দিব্য কলেবর মণ্ডিত মুণ্ডং । দুর্জ্জন কল্মষ খণ্ডন দণ্ডংতং প্রনমামি চশ্রী শচী তনয়ং ॥:০:॥ (৩)

### তথাহি তত্রৈব ॥

৪। ধরনী পতিত বিচারন গোহন ॥ গদগদ বাক্যামৃত সিঞ্চন উজ্জল বদনং হাসং হরের মন্ত্র দণ্ডং । তংপ্রনমামিশ্চ শ্রীপদ্মাবতী হৃদয়া নন্দং শ্রী নিত্যানন্দং নবদ্বীপ চন্দ্রং ॥:০:॥ (৪)

---

## ৩ শুবা শৈরেংগী অমুক ইজরগে ॥

১। শ্লোক্কী অর্থ:- তঙাং তপাবা চিনবান্না ওইবা থুম্লবা স্বরগা লোইননা বেনু কৌবি যন্ত্র খোংদুনা লৈরিবা ॥ ব্রজদা লিরিবি গোপীশিংগী পুক্লিং হকচাংবু হূরিবা কামদেব কৌরবা মিংনা ॥ কুচুনা মুনা শংদাবা নৌনা লংলবা কামগী হকচাংগী বীজ ময়েক ৫ না লৈতেংলিবা ॥ খ্বাংদা স্নাফিগে থোনবা ধীরললিত নায়ক কৃষ্ণ চন্দ্রবু তোল্লবনা নিংজরি ॥ (১)

২। শ্লোক্কী অর্থ:- লেংদোন্না ফন্না পোংবা খ্বাংনা চেংবা নোংশাগী শাবান ওইবা মীনোক ফজবা মাইথোং চিনবান তঙাংনা ফজবা মনি অশংবগী॥ মপৈনা লৈতেংলিবা কৃষ্ণচন্দ্রবু তোল্লবনা খুরুমজরি ॥:০:॥ (২)

---

৩। শ্লোক্কী অর্থ:- প্রেমগী থৌরি ড়োরনা খ্বাংদা লৈতেংবা খুত্তা যুবী খুজাই পাইবা চৈশু পাইবা ॥ লেপকা লমগা মানবা হকচাংগী মুর্ত্তিনা লেপনা

ঙমদানবা ॥ ফত্তবা কলিগী পাপকী মঁপেবু তকথোক পীরিবা থম্মোইগী অমম্বা ঙালহল্লীবা শচী কৌবি বেদ মতাগী মচা ইবুংঙো কৃষ্ণ চৈতন্যবু তোল্লবনা খুরুমজরি ॥ (৩)

৪। শ্লোক্কী অর্থ:- পৃথিবীদা লৈরিবা তোল্লবা জীবশিংগী মরাল য়েংবিদবা ॥ থৌজাল হৈবা প্রেমতগী থম্মোই ওইবা ॥ অমেংবা নুংশিবা ৱাহৈতনাজীববু কৌবিরিবা মাইথোংনা উনিংদুনতা লৈবা ॥ মীনোক ফজবা হরিনাম মন্ত্রনামুর্ত্তি (শক্তম) পালরবা ॥ শ্রী পদ্মাবতি কৌবি ব্রহ্মণীগী মচাইবুঙো পৃথিমাতাগী থম্মোইবু হরাওহল্লিবা নবদ্বিপকী থাওইবা নিত্যানন্দবু তোল্লবনা খুরুমজরি ॥ (৪)

## ১। শ্রীরূপস্য পূর্ব্ব রাগ গৌষ্ট যাত্রা ॥

তথাহি শ্লোক:- পুর্ব্বহ্নে ধেনু মিত্রৈর্বিপিন মনু সৃতং গোষ্ট লোকানু জাতম ॥ কৃষ্ণং রাধাপ্তি লোলং তদভি সৃতি কৃতে প্রাপ্তে তৎকুণ্ড তীরম ॥ রাধাঞ্চা লোক্য কৃষ্ণং কৃতগৃহ গমনা মার্য্যয়ার্কর্চ্চ নায়ৈ দিষ্টাং কৃষ্ণ প্রবৃটত্ত্যে প্রহিত নিজসখীবর্ত্ম নেত্রাং স্মরামি ॥:০:॥ (১)

পয়ার:- গৃহস্থিয়ে কার্য্য মধেযে করে পঠন ॥ তার মহিমার অন্ত নাপারে বর্ণন ॥ অপুর্ব্ব যুগল রস আছয়ে তাহাতে ॥ ষট দণ্ডেচৌ যট্ রসভক্তই বিদিত ॥:০:॥ (১)

---

তথাহি চরিতামৃতে:- পঞ্চ তত্ত্বা ত্মকং কৃষ্ণং ভক্ত রূপ স্বরূপকম্ ॥ ভক্তাবতারং ভক্তাখ্য নমামি ভক্ত শক্তিকং ॥ ইতি॥ (২)
পয়ার:- পঞ্চ তত্ত্ব পঞ্চালঙ্কার হয় ॥ আত্মাকং জীবাত্মা জানিবে ॥ এই পঞ্চে কৃষ্ণ চন্দ্র স্বরূপ জানিবে ॥ ভক্ত পঞ্চ ॥ রূপ ১ বস ২ গন্ধ ৩ স্পর্শ ৪ শাব্দ ৫ এই পঞ্চ ॥ (২)

শ্লোক্কী অর্থ:- ষন শেনবা চৎপা মতমদা সখা ময়াম লোইনবা ষনগী মপৈশিংবুসু ॥ বন্দা পুদুনা চৎখ্রবা ষনথাপুংদগী ॥ নন্দ যশোদানচিংবা ব্রজবাশি ময়ামসু ষনথাপুংদা য়ৌখ্রবা ॥ রাম কৃষ্ণগা লোইননা ॥ কৃষ্ণ থৱাইনা বন্দা চৎখ্রবদা গোপিশিংনা হকচাং পোলাংনা য়ুমদা হল্লকলবা ॥ বোন য়ৌখ্রবদা কৃষ্ণনা রাধাবু উনিংবনা থম্মোইদা লাংতকনখ্রবা ॥ রাধা কুণ্ডদা থুংলরবা মতুংদা ইবেম্মগা উনবা ॥ নুমিৎপু পুজা তৌজরবা যতিলানা পুরগা ॥ লাইবক ফরবী কৃষ্ণবু লোইনদনা লৈরিবী সখিশিংতগা লোইনদুনা য়ুমদা হল্লকলবি ॥ সখিগা লোইননা রাধা কৃষ্ণ অনিবু তোল্লবা রূপ কৌবনা নিংজরি খুরুমজরি ॥:০: ॥ (১)

শ্লোক্কী অর্থ:- অচেৎপ তত্ত্ব মওাগী থৱাই কৃষ্ণনা ভক্তগী ৱাখল ওইবা ১, ভক্তগী শক্তম ওইবা ২, ভক্ত অবতার ওইবা ৩, ভক্তমক হেক ওইবা ৪ মতিক লৈবা ভক্ত ওইবা ৫, অসিনি কলিদা শান্নরিবা লীলানি কৃষ্ণনা ॥ (২)

পয়ারগী অর্থ:- কৃষ্ণগী তত্ত্ব ৫ না অলঙ্কার ৫ ওই ॥ জীবাত্মা কৌবগী থৱাইগী থৱাইনি পরমাত্মা ভগবান্না ॥ মথক্তা হায়রিবা অচেৎপা (তত্ত্ব) ৫ শি কৃষ্ণগী মুর্ত্তি ঙাক্তনি হায়না খংগদবনি ॥ ভক্ত ৫ দি শক্তম ১ মহাও ২ মনম ৩ শোকপা খংবা ৪ খোঙ্গেল (মখোল) ৫ শক্তম ৫ অসিনি ॥ (২)

---

পয়ার:- কলৌ চন্দিদাসাদিনাঞ্চ পারিশাদ ভক্ত ॥ দশ অবতার অর্থাৎ বাক্য ১ পাণী ২ পাদ ৩ বায়ু ৪ উপস্থ ৫ কর্ণ ৬ চর্ম্ম ৭ চক্ষু ৮ জিহবা ৯ নাশিকা ১০ ইত্যাদি ॥ অলঙ্কার পঞ্চ তত্ত্ব ৫ ॥ পঞ্চ ভক্ত ৫ ॥ দশ অবতার ১০ ॥ সমস্ত মিলিত্বা পাঁচিশ তত্ত্ব জ্ঞান হইলে জী বন্মুক্তি হয় জানিবে ॥ (১)

## ২। জীবন্মুক্তি কথনং ।।

শ্লোক:- জীবন্মুক্তি শ্চ যামুক্তি সা পিণ্ড পাতনে ।। যাং মুক্তিং পিণ্ড পাতনে ।। যামুক্তি পিণ্ড পাতেন সামুক্তি শুনিষু করে ।। অদৃশ ভাবনা নাস্তি দৃসেন্ত বিনয়ো স্তুতি স্থূলসূক্ষ্ম দ্বয় নাস্তি ভক্তানাং কিমু ভাব্যতে ।। (১)
পয়ার:- না দেখিনয় না শুনিয়া কেমনে ভজিবে ।। দেখিলেও ভাবনাদি কিশুই নারব ।। অতত্রব স্থূল জীব সুক্ষ্ম জীব করিহ বিচার ।। ইতি জীবন্মুক্ত কথনং ।।:০:।।
পয়ারগী অর্থ:- কলিদা চন্দিদাসনচিংবা পরিসাদ (লোইনরিবা) ভক্তনি ।। ভক্ত ৫ নি শ্রী গৌরাঙ্গ ভক্তনি ।। অবতার হায়বদি কৃষ্ণনা মহাক্কী লিলা শান্নফমদগী পৃথীবিদা কুমথরকপদা শায়ন তরানি ১০ নি ।। শক্তম ১০ অদু মমিংদি ১ ব্রাওাংবা (চিনবান) ২ খুৎ ৩ খোং ৪ নুংশিৎ ৫ উপন্থ ৬ নাকোং ৭ উনশা ৮ মিৎ ৯ লৈয়েং ১০ নাতোল মশিং অসিনী ।। অমনা অলঙ্কার (ফজবা) ৫ ত্ত্ব অচেৎপা) ৫ অমসুং শায়ন ১০ ময়ামশিং তিনশনলগা মশিং ২৫ নী অশিবুখংলবা শিংবু (জীবন্মুক্ত) অরানবা খংলবা পুন্সি মপোক হায়না শিংথানগনি ।। (১)

## জীবন্মুক্তী ব্রা হায়গে ।। জীবন্মুক্তদি মতাংসিদা লোইরে ।।

শ্লোক্কী অর্থ:- অরানবা খুভম ফংলবা মীদো মুক্তি ফংলবা কৌই ।। মখোইশিংদি পিণ্ড দানচিংবা তৌররোই ।। মীওইবনা মুক্তি ফংলবদি পিণ্ড দান তোক্কনী ।। মুক্তি হায়বদি বাচ্যদা "মু" স্বর্গ বৈকুন্ঠনচিংবাবু "কু" কুশিতায়াং (হঙ্গোয়হল্লি) হায়বদা মুকুণ্ড থোকই ।। অদুনা মুক্তি হায়বদি কৃষ্ণগী পাদ চরণবু কৌই ।। মরম অসিনা মুক্তি ফংলবা মীওইবদি পিণ্ডদান তৌরুবগী থবক লৈত্রে তৌররোই ।। মীওইবনা ঈশ্বরগী ধাম লিলানচিংবা উবা ফংদ্রববু মুক্তি ওইরবশিংনদি খংদবা উদবা লৈরোই ।। নোল্লুকপা, হাজবাঅচৌবা ১ সুং অপিকপা থোইদোক্লা খাইদোক্তে ।। কৃষ্ণ নুংশিরীবা বৈষ্ণব শিংগীদি ।। গুরুগী কৃপা সাধু সঙ্গ নত্তনা করম্না মাবু নুংশিনি ।। শংসংনা উরবা ফাওবা করিগুম্বদা হায়দোক্তে ।। মরম অসিনা কৃষ্ণ নিংবশিংগী ব্রাখন্দি করি অমুক হায়রুশিগে ।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- তারুদনা উরুদনা করম্না নুংশিগনি নিংগনি ॥ তারুবদগী নুংশিবা পোকই উরুবদগী মনাক্তা লৈনিংই ॥ সঙ্গ তৌজবদগী জীবনা কৃষ্ণবু ফংজনবা সাদু গুরুদগী লাইনিং লম্বী থিবশিংনা স্কুল সূক্ষম ২ গী ব্রাখল ময়েক শেংনাখংবা ওস্মি গুরু কৃপাদগী মসি জীবনা খনগদবনি ॥:০:॥ (২)

## ৩। অথ সাধক কথ্যাতে পূর্ব্ব রাগ ॥

পয়ার:- সাধকের দেশ বৃন্দাবন ॥ কাল দ্বপর ॥ পাত্র শ্রীনন্দের নন্দন কৃষ্ণ ॥ আশ্রয় গোপীর চরণ আলম্বন পূর্ব্ব রাগ ॥ উদ্দিপন বংশীং ধ্বনি ইতি ক্রমেন আকুল্যে ভজনং ॥ বৃন্দাবনেতে ভাবনা গুরু বিশাখাজির ভাব: ॥ তথাহি-ভাবনা ২ সবেই কহে ভাবনা বলিবে কারে ॥ যে যারে ভাবিবা সেতারে মিলিব ভাবনা বলিব যারে হরিকে ভাবিয়া ভরত । সে হরিনী দেহে লক্ষ্মীনী ভবিয়া কৃষ্ণ পতী পাইল ইকথা বুঝিবে কেহ ॥ গজেন্দ্র হইয়া ভাবনা করিয়া পাইল অভয়দান সব তেয়াগিয়া ভাবিয়া শ্রীহরি প্রহ্লাদা অঙ্গেনা ফুটিল বান অক্রুরভাবিয়া নন্দালয় পাইল শ্রীকৃষ্ণ দেখা । খুদমু ষ্টিদিয়া নির্দ্ধনী শ্রাদাম হইল কৃষ্ণের সখা ॥ রাক্ষস বংশেতে বিভিষন রাজ ভাবিয়া পাইল শ্রী রাম ॥ যে যারে ভাবিয়া সে তারে মিলিব ইহাতে নহিক কম ॥ আশ্রয় করিয়া করহ ভাবনা তাহা না হইলে পাইবে কি ॥ এখানে সেখানে একইরূপ তোমারে কহিয়ে দেয় ॥ কুমারী অসিয়া পতঙ্গ ধরিয়া রাখিল মাটির ঘরে ॥ (১)

---

## হৌজিক সাধক্কী অপাম্বা পূর্ব্ব রাগ হায়রগে ॥

পয়ারগী অর্থ:- সাধক্কী উজগদবা লৈফমদি ব্রাখল (য়ুম্ফম) দি প্রণালিকানা পিরিবা ধাম বৃন্দাবন্নী ॥ মতমদি দ্বাপর মতম (যুগ) নি নিংজরিবা ফংজগদবনা শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণচন্দ্রনি মাবু ফংনবা চংজবনাগোপী আশ্রয়নি ॥ স হায়না পুর্ব্ব রাগনি ॥ উদ্দি পন্না বংশী খোঞ্জেল তাবনি অনুকুল্য তুংইনবনা গোপী ভাবনি ॥ গুরু ভজন্দগীনা গোপী ভাব সখি মঞ্জরী যৌনা ভজন সেবাগী মতমদা উজবনি বন্দাবনদা ব্রাখল থমজবা গুরু কৃপা সখিদি বিশাখাগী

তুংইঞ্জগনি ।। তথাহি মদুমক হায়রি ।। ব্রাখল ২ হায়দুনা মীওইবশিংনা হায়নরিবা ব্রাখলদো করিবুনো হায়রবদি ।। মীওইবশিংগী পুক্লিংনা পাম্না অমসুং পামদবাওইনা উহল্লকইবা পুকচেল অদুবু ভাব ব্রাখল কৌই ।। থৌদোক ওইনা হায়রবদি প্রমাণ (চাং তম্বদা) ভরথ নিংথৌনাশজি মচাবু নুংশিবদগী শজি ওইনা ফংখি ।। লক্ষ্মী লাইরেম্বীনা কৃষ্ণবু পামনা নিংজবদগী মবুংঙো (পতি ওইনা) কৃষ্ণ ফংখি ।। ব্রাফম অসি মীপুম তিংনা খংনরি ।। গজেন্দ্র শামুনা লাইরেনগা লান শেকনবদা লাইরেন্না থব্রাই মাংহনগদ্রৌরবদা হরি নারায়ন্দা চরণ থম্বাল নিখি ।। মতম অদুদা চংজরইবা মনাই শামুদা অভয়দন, অরানবা খুভম (মুক্তি) পীখি ।। ইন্দ্রদুম্না নিংথৌনা মুনিগী শাপ্তগী শামু ওইনা পোকখি ।। গন্ধর্ব্ব দেশগী হুহু নিংথৌ গন্ধর্ব্বসু মুনিগী শাপ্তগী লাইরেন ওনখি ।। অনিবু লানবীবদা শামুনা হরিদা থব্রাই নিখি ।। মদুদা চরন থম্বাল পীখি প্রহ্লাদ বৈষ্ণব রাজনা মপাবুংগী সম্পতি অমসুং জগৎ পুম্বশি ঐগী অমতা য়াওদে হরি মাগীমরল ঙাক্তনি হায়না হরি নিংজবদগী ।। বৈষ্ণবকী হকচাংদা খুৎলাই চৈথা নিংথৌগী অকনবা চৈরাক দন্দিদগী শ্রীহরিনা নৃসিংহ অবতার তৌদুনা মনাই ভক্তগী ময়াথং ঙাকখি ।। মনাই কনখি ।। অক্রুর ভক্তনা কৃষ্ণ নিংজবদগী কংশ নিংথৌ য়াথংদগী ব্রজদালাক্তুনা শ্রী কৃষ্ণ দর্শন ফংখি ।। অক্রুর বৈষ্ণবনা নন্দালোইদা থম্মোই থমখি ।।০।।

---

পয়ার:- মহতের সৎভাবে আপনার মও করিয়া মারে ।। সে যদি তাহার শকতি ধরিল ধরিলা আপনা বেশ ।। কহে চন্দিদাস হৃদয়ে উল্লাস ধন্য হয়ে সেই দাস ।। জীবের জীবন ধন য়ারে কৃষ্ণ করেমন সেই জীবন দিন দুই চারি ।। হা হা প্রভু করদয়া দেহমোরে পদ ছায়া এবে যশ ধৃষোক ত্রিভুবনে ।।০।। জয় গোবিন্দ পরমা নন্দং ভজ গোবিন্দ রাম ।। ধ্রু।। নগর নর্ত্তন নন্দাকিশোর জনমকি জনমে শ্রীহরি স্মরণ ।। ইত্যাদি ভজ গোবিন্দং স্মর গোবিন্দং ভজ হে মূঢ় মতি ।।০।।

---

পয়ারগী অর্থ:- সখ্য প্রেমদা থব্রাই কৎথ্রবা লাইরবা ব্রহ্মান সুদ্রামনা দ্বারকা থাম শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তাচৎপা, চেংপাক চদোল মুট ৩ দং কৃষ্ণদা পীরুগে হায়দনা লাকখি ।। মনাইগী নিষ্ঠা ভক্তিগীমখা পোন্দুনা গোবিন্দনা আলিঙ্গল

তৌখি ।। মনাইগী প্রেমগী খুদোল লৌবাউবদালক্ষ্মী দেবীনা সুদামগী লাইববা কোকহনখি ।। (লাইরবা ব্রাখল কোকখি) ।। হিংচাবা শাগৈদাপোকপা বিভিষন বৈষ্ণবনা রঘুনাথ রামগী চরণ নুংশিনা নিংজবদগী চরনগী মনাই ওইখি ।। (লঙ্কা দেশগী (লৈবাক্কী) নিংথৌরেল খুভম ফংজখি ।। শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রদি কনাগীসু লমন তোন্দে ।। মী ওইবা মনাইশিং অদুনা নিংলিবা থাক পচ্ছুংফম অদু মপা চানা-চানা পচ্ছুংফম পিনবি ।। মনাইশিংদা থৌজাল পী হায়বশিদা কৃষ্ণগী মগুন ময়েং তানিঙাই অমতা লৈতে ।। মরম অসিনাচংজহৌরো হেমন ভাই পুক্লিং হকচাং য়াথংতনা ইবুংঙো মঙোন্দা চংজবা (ভক্তি তৌজবা) নত্তনা জীবশিংগী চংজফম অমা লৈরোই ।। এখনে হৌজিক হিংলিঙৈদসু সেখানে হয়েং অতোপ্পদা শিরবা মতমদসু মহাকতনা অরেপ্পনি কনা অমতদা চংজফম লৈতে ।। নঙোন্দা হায়রিবা অসিনি হেমন ।। নত্রবদি অঙাং মচাশিংনা মৈরানবীতীনা ফাদুনা ফুমবগুম লৈনুংদা শানবদা ।। মাযা কৌবি লাইরেম্বনা ফাদুনা পুখিগনি মপোক মাংগনি ।।:০:।। (১)

---

পয়ার অর্থ :- সাধু গুরুদগী কৃপা লৈরবা মীওইবশিংতনা ।। মহাজনগী তত্ত্বগী মচিতবু চৎনবি (লৌখৎলি) ।। হায়রিবা ব্রাফম অসে মীওইবদা ইবুংঙো মাগী থৌজাল পীনবগী তুংইন্না উনরি শকনরি ।। চন্দিদাস কৌবা তোল্লবা মনাইগী থম্মোইনা হবাওনা পামজরি ।। পুকচেল ফজরবা বৈষ্ণবকী মনাই ওইজবা ফংইবা মপোক্তু অতাংবনি ।। মীওইবগী পুন্সিদি নুমিৎ ২/৪ তংদা হিংবগুম্বনি ।। মীগী মপোক অতাংবা ফংলিঙৈদা কৃষ্ণগী নাই ওইনবা হোৎনহৌদ্রবদি করি পাম্বৈনা সংসার লানগনি ।। অব্রাবনি ২ হে প্রভু তোল্লবা ননাইদাতৌজলবিয়ু ।। চরন থম্বালগী মরুম থুপ্পা লৈহনবিদুনা থৌজাল হৈবা নগুন্দো জগত্তা মিংচৎনা নিনখরসনু ।। জয় ওইসনু অখংবা নুংঙাইবা ২ গী মপু ওইরিবা হে গোবিন্দ কৌবা মিংফম্মা ।। শাথেব ফজবা জগোই হৈবা নন্দ নিংথৌগী মচানিপা হে গোবিন্দ হরিনা মপোক ২ খুদিংদা তোল্লবগী চংজফমনি ।। গোবিন্দবু, নিংজৌ শোঞ্জৌ গোবিন্দ কৌবা মিংশে হে অপংবা মন-ভাই ।। (২)

---

## ৪। অথ ভাব প্রেম কথ্যতে ।।

পয়ার: ভাবেরি প্রেমেরী অষ্ট মঅক্ষর বুঝিতে বিষম দাই ।। রস তত্ত্ব মিলি বারটি অক্ষর কোন জনেতবে পাই ।। গোলোকেরপতি স্বয়ং ভগবান নন্দের নন্দন যে ।। সেভাব লাগিয়া ভাবিতে ভাবিতে আশ্রিত হইল ।। মাধুর্য্যের সার বারতটি অক্ষর আশ্রিত হইয়া পাইল আপনা সাধনা বারটি অক্ষর হৃদয় মাঝারে রাখি ।। হরিনাম ছয়টি অক্ষর জীবেরে দাকিয়া দিল ঐ হরি র নাম ছয়টি যে জন সাধন ভজন করে সেজন মাধুর্য্য পাই ।। শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য পদ হৃদয়ে ধরিয়া রসিক নিত্যানন্দা পাই কৃষ্ণ ভাগবত যারসম্বিতের সার ।। ব্রহ্ম জ্ঞানাদিক সব যার পরিবার ।। হ্লাদিনীর সার প্রেম প্রেমর সার ভাব ।। ভাবের পরম কাষ্ঠা নাম মহাভাব ।। মহাভাব স্বরূপিনী রাধা ঠাকুরানী ।। (১)

## ভাব প্রেমগী নীতি হায়গে ।। (লমচৎপুনি)

পয়ারগী অর্থ:- "ভাবেরি প্রেমেরি " ব্রাখল খনবা নুংশিবা মশক খংবা ব্রাহৈশে ময়েক ৮ খকতনি ।। মশিবু খংবা হায়বসে য়াম্না লুখ্রবা ব্রাফমনি ।। ময়েক ৮ হরে =হ+অ+র+এ=৪ ।। কৃষ্ণ =ক+ঋ+ষ+ন=৪ পুন্না ৮ শিবুনি ।। রসগী অচেৎপা তিল্লিবনা ময়েক ১২ নি অসিগুম্বা রসশিং গুরু কৃপা লৈরবা মীশিংতনা ফংই ।। গোলোক ধামগীমপু মপু স্বয়ং ভগবান্না বৃন্দাবন্দা নন্দ নিংথৌগী মচা (মপারি) ওইনা পোকখি ।। অসিগুম্বা ব্রাখলগী পঙ্গুংফমবু থীজদুনা চংজরকইবা মীওইবশিংবু মমিং আশ্রয়ি জন হায়না খংনৈ ।। অমনা স্বয়ং ভগবান নন্দ নন্দনদি রসগী মচিনী ।। ইবুংঙোমাবু থীরি ময়েক ১২ অমসুং রস ১২ না আশ্রয় তৌদুনা লৈ ।। মঙোন্দা রসবু থীরিবা বৈষ্ণবশিংতনা থম্মোই সিংহাসন্দা ময়েক ১২ হরে,কৃষ্ণ, রাম হরে=হ+অ+র+এ ।। কৃষ্ণ=ক+ঋ +ষ+ন রাম=র+আ+ম+অ= ময়েক ১২ অসিনি ।। রস ১২ গৌনরসদা ৭ মুখ্য রসদা ৫+৭= ১২ গোণ রস ৭ হাস্য বীর করুন অদ্ভুদ্ রৌমদ্র বিভষ

জয়ানিক ৭ ঔদাস্য অসিমা মুখ্যরসদা সান্ত দাস্য সখ্য বাসল্যমধুর ৫ শিমগা ৫+৭=১২ হরিনাম কৌই মিংনা শোল্লবা মতমদনাশোল্লে নাম ময়েক ১৬ নি ময়েক ৬ তি হরে কৃষ্ণ রাম য়েক ৬ তু অশিনি ।। অসিগুম্বা হরিনামশিনা কৌরি চংলকউ লাও হে জীব হায়না ।। হরিনামবু ফিথুপ ৬ থোক্লা তেল্লবদি বৈরাগ্য রাগ ভক্তি কৌরে ।। পুক্লিং হকচাং য়াথংতনা নিতিগী চন্দন থীনবা লোইরবদা বৈরাগ্য রাগ ভক্তি কৌরে ।। পুক্লিং হকচাং য়াথংতনা নিতিগী চন্দন থীনবা লোইরকপদা ভজন্দা উজরবদি ।। অদুগুম্বা গুরুগী মনাই অদুনা যুগল রস মাথুর্য্যবু মরল ওইজবা ফংই লীলা সেবা ফংজে কৃপা লৈরব রশিক বৈষ্ণবকী থম্মোইদা শ্রীগৌরনিত্যাই ২ না লেংদনা লৈবি হায়রিবা ব্রাফম অসি অরেপ্পনি হেমন ভাই ।।

রাম=র+আ+ম+অ+৪

হরে=৪কৃষ্ণ রাম ৪=১২ ময়েক ১২ দু মশিনী ।।

---

পয়ার: তথাহি ।। দেবী কহে বিদ্যোৎ মালা পরম সুন্দরী ।। কৃষ্ণ ময়ী কৃষ্ণ যারে ভিতরে রইবে ।। যাহা ২ নেত্র পরে তাহা ২ কৃষ্ণ স্ফুরে ।। কিম্বা কৃষ্ণ রস ক্রিয়া বসতি নগরে ।। তার শক্তি তার সহ হয়ে একরূপ ।। কৃষ্ণ বাঞ্ছ পুর্ত্তি রূপ করে আরাধন ।। অতত্রব রাধিকা শ্রেষ্ঠ পুরানে বাখানে সেই রাধার ভাবে প্রভু ভাবিত হইয়া ।। গোষ্ট যাত্র রস প্রভু মনেতে ভাবিয়া ।। (২)

কৃষ্ণ মশক খংবী মতিক ময়াই লৈরবি শক্তিনী সম্বিৎ কিমচি খিবিক্লা তিলি ।। ব্রহ্ম নিংবা জ্ঞান্নী সাধনা ভগবানচিংবা নিংবদি সমিবৎ শক্তিদগী পোকখিবা লোইনবা )পারিষদা-ঙাক্তনি ।। হায়রিবা অসি হলাদিনী শক্তিগী পরিবার লোইনবা ঙাক্তনি ।। শক্তি ময়ামদগী হ্লাদিননা মরুনী ।। হ্লাদিনীগী মচিদি প্রেমনি ।। প্রেমগী মচিদি ভাবনি (ব্রাখলনি) ।। ভাবকী অথেংবা মচিবু মহাভাব কৌই ।। মহাভাব কনানো হায়রবদি রাধা ঠাকুরানী ইবেম্মনি ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- অরেপ্পা অদুমক হায়রি ।। দেবী (শান্নাহৈবী লাইরেম্বী কৌই) ।। মণ্ডানগী পরেংনা নোংথাং ওইনা লৈতেংলিবি শক্তম ওইবি ।। মিংনা কৃষ্ণ ময়ী কৌবি মনুং মপান অনিমক্তা কৃষ্ণতনা থব্রাই ওইবি ।। য়েংখিবা মাইকৈ পুম্নমক্তা কৃষ্ণ মুর্ত্তিদা উই হায়দুনা কৃষ্ণ ময়ি কৌই ।। কৃষ্ণ পেননবা লিলা রস কুঞ্জনা লৈনবা য়ুম্ফম ওইরিবি ।। কৃষ্ণগী আদ্যা শক্তি সৎচিৎ আনন্দ শক্তি ৩না অমত্তা ওইবা স্বরূপ শক্তিনা ওইবী কৃষ্ণগী অপাম্বাথুংনবা নিংনফম ওইবি ।। শ্রীরাধিকানা অথোইবিনি কৃষ্ণ নিংবা খিবিক্কীমরক্তা ।। মরম অদুনা মিং বাধা কৌই হায়না পদ্মা পুয়ারান্না হায়রি ।। অসিগুম্বী রাধাগী ব্রাখল প্রেম কুচুনা অম্তা ওইবা গৌরনি গৌরচন্দ্র প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণগী গোষ্ট যাত্র (শল শেনবা) বন্দ চৎপা লিলা রসবু চুপ্পি (চারি) গৌরাঙ্গ পুর্ব্বহ্ন মতমগী রসদা খল্লীবা ব্রাখলন্নি ।।:০:।। (২)

## ৫। গৃহ গমন

পয়ার:- কুণ্ড তীরেমনে করি স্নান কুতুহলি, মন্দিরেতে কর পয়ান ।। গৃহে রাধা বনে রাধা রাধিকা শ্চাপি বদনে ।। তালৌ রাধা শিরৌ রাধা রাদ্যৈ রা রাদ্যাতে ময়া ।। জিহবা রাধা শ্রুতি রাধা নেত্রে বিভু ষিতং ।। সর্ব্বাঙ্গ ব্যাপীনী রাধা রাদ্যৈ বারাদ্যতে ময়া ইত্যাদি ।। (গৃহ গমন মন্ত্র)

---

ঔধে চিন্তয়েৎ বিষ্ণু ভোজনে জনার্দন ।।০।। শয়নে পদ্ম নাভ ঞ্চ বিবাহে চ প্রজাপতি ।। যুদ্ধে চক্রংধরংদেব প্রবাসেচ ত্রি বিক্রম ।। নরায়ন তনুত্যাগেন শ্রীধরং প্রিয় সঙ্গমে ।। সপ্নেহ স্মরণ গোপিন্দং শঙ্কটে গটে মধুসুদনং ।। কাননে নৃশিংহশ্চ পাবকে জলসায়িন ।। জল মাধ্যো বরাহশ্চ পর্ব্বতে রঘুনন্দং ।। গমন বামণ শ্চৈব সর্ব্ব কার্যেষু মাধব ।। এতানি ষোড়শ নামানি ত্রিসন্ধ্যাং যপঠেৎ ।। সর্ব্ব পাপ হরং পুণা বিষ্ণু লোক গচ্ছতি ।।০।।

রাধা কৃষ্ণগী অচেৎপা কোঙদোকপা
অহুমশুবা তাঙ্কক

গৃহ গনম ।। য়ুমদা খঞ্জগদবা ৱাখল হায়গে ।। (শরনীদু)
পয়ারগী অর্থ:- সাধনা তৌজরিবা মীওইবশিংনা খঙনগদবা অরেপ্পা হনজিনফম পুক্লিংনা খংগদবা ৱাফম হায়রগে ।।

সাধকনা ইরুজবকান্দা সেবাগীদমকনী খলগা ইরুজগনি ।। ইরুজবা মতমদনা রাধা কুণ্ডগী ইশিংদনি খলগা ইরুগনি (লুপচগনি) ।। চৎপা মতমদা পুক্লিংনা সেবা কুঞ্জ মন্দিরদা চৎপনি নিংগনি ।। য়ুমদা লৈব মতমসু ইবেম্মগী নাক্তা লৈজবনি হায়না নিংগনি ।। চৎপা মতমদসু ইবেম্মগী তুংইঞ্জবনি নিংগনি ।। বন্দা লৈবদনা ইবেম্মবু খুরুমজগনি ।। খোঞ্জেনসু রাধানি কোকসু রাধানি ।। "রা" ধাতুনা অঙানবাবু হায়বনি ।। অসুম্না প্যুৎপতি তৌরগা রাদ্যতে ময়াখোকই ।। রাধাতনা অঙানবনি "রা" কৃষ্ণবু "ধা" নিংবি রাধানি ।। লৈয়েংগী অপাম্বসু রাধানি ।। নাকোংনা তানিংবসু রাধা শোনবনি ।। মিৎকী মথৌসু রাধাগী রূপ উজববুনি (দর্শননি) ।। ঐ ইন্দ্রি ১১ না রাধাতবু ইরল অশেংবনি নিংজগনি ।।

---

গৃহ গমন মন্ত্র ।। হিদাক্কী মশক্তি বিষ্ণু দেবতনা চাবদা ভোজন্দা জনার্দ্দন নরায়নবু উজগনি ।। তুম্বা মতমদা পদ্ম নাভ নারায়নবু নিংগনি ।। লুহোংবদনা ব্রহ্মা কৌবা লাইবু নিংগনি ।। লানফমদা চক্র পাইবা নারায়নদেব হরিনী ।। প্রভাস (কাইনরবা) লংফৈদনা ত্রিবিক্রম নারায়ননা কনবিরী ।। থৱাইগা হকচাংগা কাইনবা কান্দা পরমেশ্বর নারায়নগী মথৌনি ।। শ্রীধর নারায়ন্না প্রেম মক্তনা হকথেংনবা তিন্নবদা মথৌনি ।। "হ" ময়েক্লা তুম্বা অমসুং স্বরদা নিংশিংজগদবনি শ্রী গৌবিন্দজীনি ।। চিংনরকপা কান্দা শ্রী মধুসুদন নারায়ন নিংগনি ।। বন্দা চৎপা কান্দা নৃশিংহ দেববু নিংগনি ।। নুংশিৎকী অকিবদগী গর্ভদোক শায় নারায়ন্না কনবিরি ।। ইশিং ময়াই মনুংদা ররাহভগবান্না কনবিরি ।। চীংনচিংবা লমহাংদনা রঘুনাথ রাম চন্দ্রনা কগনবিগনি ।। চৎপা কান পুম্নমক্তা বামন দেবনা ঙাকপিরি ।। মতম খিবিক্তা মরম পুম্নমক্তা মাধব কৃষ্ণ কনবিরি ।। মথক্তা হায়রিবা ময়েক ১৬ অশিনা মরোলশিংশি নিতিগী ত্রিসন্ধ্যাদা স্মরণ তৌরবদি লংজখিবা পাপ লোইনা কোকই ।। শিব মতমদসু হরিধাম ফংই মসি লেংদ্রবা ৱাফমনী ।। গৃহগমন অর্থ লোইরে মতাংশিদা ।।(১)

## ৬। সত্ত নবদ্বীপ ভজনং তুলসী সেবা ।।

পয়ার:- আদৌ পুর্ব্ব মন্ত্রে তুলসী দর্শন ।। তৎপরে তুসী স্নানং ।। তৎ মন্ত্র যথা শ্রীকৃষ্ণ বল্লভে দেবী জগৎ চৈতন্য কারিনী স্নপয়ামি জগৎ ধাত্রী বিষ্ণু ভক্তি প্রদায়িনী ।।০।। তৎপরে তুলসী লেপন মন্ত্র ।। রামেনরোপিত দেবী সীতায়া লেপিত পদে ।। লক্ষমনে রক্ষিত দেবী লেপয়ামি তব পদে ।।০।। তৎপরে তুসী মাহাত্ম্য ।। সত্য সত্যবতী শৈচ ত্রেতায়াং মানবীস্তথা ।। দ্বাপরে বৃন্দা ত্বং কলৌ তুলসী মেবচ ।।০।। তুলসী বন্দন ।। বৃন্দায়ৈ তুলসী দেবী প্রিয়ায়ৈ কেশবশ্চ ।। বিষ্ণু ভক্তি প্রদ দেবী সত্যবত্যৈ নমঃ ।। এইত কহিল ভাই নিত্যাব ভজণ ।।০।। পূর্ব্বহ্নের কাল সেবা এমতমনন: বিনা ক্লেশ কৃষ্ণ প্রপ্তি শ্রীরূপ গোসামি কহিলা গৃহস্থি জনার লাগি এরসরচিল । অন্য অবতার সব সৈন্য শাস্ত্র সঙ্গে চৈতন্যের অবতার অঙ্গ উপাঙ্গ ।

---

## মথাশিদা অরেপ্পা নবদ্বীপকী তুলসীগী ব্রা হায়গে

পয়ারগী অর্থ:- নোংঙানবা য়াহৌবা মতমদা লৈপাকপু লাইবক কৎতুনা খুরুমলগা য়াহৌগনি ।।মতু তুলুসি দেবীবু মন্ত্র শোন্দুনা য়েংজগনি খুরুমজগনি ।। অদুগী মথংদা ইশাশি ইশিংদাইরুরগা অশেংবা ইশিং অদুনা তুলসি চাইথগনি (মথক্তা হৈথগনি) শোনগদবা মন্ত্রদি ।। শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী হে দেবী লাইরেম্বী জীব পুম্নমক্তা জ্ঞানগী মঙাল পীরিবী ।। হে তুলসী ইমা নংবু তোল্লবা ননাই ঐনা (নচা ঐনা) চাইথজরি অশেংবা ইশিংনা ।। জগৎপু শেংবিরিবী ব্রহ্মালোক্তগী লেংথরকলবী শ্রীবিষ্ণুনা পেনবিনবা লমচৎ শন্দোকপীরিবী হে ইমা নংবু ঐনা খুরুমজরী ।। মসি ইরুজব লোইরগা তৌগদবা নিয়মনি ।। মথংশিদনা তলুসী মখোংবু ব্রাই তৈনবগী মন্ত্রনি ।। রামেন শ্রীরাম চন্দ্রমক্তনা উ পাম্বী ওইনা থারম্বী সীতা দেবী ইবেম্মনা নহাক্কী হৌফম মখোংবু ব্রাই তৈজদুনা সেবা তৌরিবী ।। লানফমদা শিরীবা লক্ষমনগী থবাই কলল্লবী ।। হে দেবী ।। তুলসী নহাক্কী

হৌফম লৈপাক লৈমবু গঙ্গাগী ইশিং অশেংবনা ব্রাই তৈজরি তোল্লবা ঐনা ।।০।। মথং অশিদা তুলসি মগুন হায়গে ।।
সত্য যুক্তা সত্যবতী ওইদুনা কপিলভগবানগী মমা দেবহূতি ওইনা পোকপী ।। ত্রেতাদনা মিথিলা দেশকী নিংথৌজনক্কী মচাওইদুনা সিতা কৌরিবী ।। দ্বাপর যুক্তা বৃন্দাবন্দা কেদার নিংথৌজনক্কী মচা ওইরিবনি ।। গোপ শাগৈদা পোক্লুনা গোপী ওইরিবী মিংনা বৃন্দাদেবী কৌরিবী ।। কলিদনা উপাম্বী মচা অমা ওইনা হৌরিবী নংবুখুরুমজরি ।।০।।
তুলসী খুরুমনবা মন্ত্র: ।।০।।
মথক্কী মপোক্তা বৃন্দাদেবী হায়দুনা মিং কৌবি হে তুলসী দেবী কেশবকৌবা কৃষ্ণগী চান্নবীশিংলক্তগী অথোইবি ।। শ্রীবিষ্ণু দেবগী পেনবিনবা ব্রাখল থৌরম পরেংবু পীনরিবী ।। সত্যবতী সতিগী শক্তম ওইরিবী দেবী নংবু তোল্লবনা হন্না হন্না খুরুমজরি ।। মতৌ অসুম্না নিতিগী তৌজগদবা ভজন মশক লেপলে ।। পূব্বাহ্ন মতমগী (ষনকুম্বা ষনথাবা কাল) কৃষ্ণগী লিলাবু গুরুগী মনাই ওইরিবশিংনা থম্মোইদা কাওদনবা নিংজগনি ।। হেমন ।। ব্রাখলশিং অশিবু কাইদনা চৎলবদি য়ৈখাই থিঙ্গাইবা (বিঘ্নী) অমতা লৈরোই ।। শ্রী কৃষ্ণচন্দ্রবু লেপ্পা ফংগনি ।। ব্রাফম অসি শ্রীরূপ গোস্বামী ঠাকুরগীময়াথংনি ।। হায়রিবা সাধুসঙ্গ ভজনগী লম্বীশি য়ুম লিংলিবা মীওইবশিংগীদমক্তা পুথোপীরম্বা ভজন্নি ।। মথক্কী যুক্তা অবতার তৌবদী খুৎলাই পাইদুনা মরাল লৈবশিংদা দণ্ডি পী ।। হন্দক্কী কলি যুক্তদি কৃষ্ণনা নিত্যানন্দ অদ্বৈত লোইনদুনা হরিনাম পীদুনা লানবীরি ।। (১)

## ৭। অথ গৃহস্থি সাধনাঙ্গ যথা ।।

পয়ার:- সৎদংশে বৈষ্ণবাদ্বৈত, চিদংশে চৈতন্য স্বয়ং ।। আনন্দাংশে নিত্যানন্দ গুরু কৃষ্ণ সৎ বর্ন্নি কা: ক্লীঁ শব্দে ড়োরশ্চৈব দ্রীঁ শব্দে কৌপিন স্তথা শ্লীঁ শব্দেন বহির্ব্বাসা বৈষ্ণব তস্য লক্ষনং ।। ভাব বীজ বর্হিব্বাস প্রেম ড়োর ইদং ভবেৎ ।। রসোৎগার কৌপিনঞ্চ ভেক সম্পর্ণং ।। এই মতে মনেভেক করিয়ে ধারন ।। পঞ্চ তত্ত্বে করহ অহবান ।। নীজ নীজ

গায়ত্রীতে রূপ নেহারিবে ।। নিজ নিজ মন্ত্র লয়া পুজন করিবে দ্রব্য ।। পঞ্চ অয়োজন করিবে তখনে ।। গন্ধ পুষ্প ধুপ দ্বীপ নৈবৈদ্যাদি আনি ।। অদ্বৈতের প্রণালিকা করিবে পাঠন ।। (১)

**য়ুমলিংলিবাশিংগী তৌজহৌগদবা থৌরম পরেং হায়গে ।।**

পয়ারগী অর্থ:- কৃষ্ণগী শক্তি ৩ লৈ মিংদি ১ সৎ ২ চিৎ ৩ আনন্দা কৌই ।। অহানবা সৎকী অংশদি শদ্ধিনী কৌইমিংনা বৈষ্ণব মুর্ত্তিনি শক্তমদি অদ্বৈত প্রভুনি ।। চিৎকী অংশনা সম্বিৎ শক্তিনী কৃষ্ণনী কৃষ্ণ মশক খংবী জ্ঞাননি ।। শক্তমনি স্বয়ং কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুবুনি হায়রি । আনন্দগী অংশনা হ্লাদিনী শক্তিবুনি শক্তমদি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবুনি হায়রি ।। মরম অসিনা গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব অহুমবু অরেপ্পনি হায়না শোন্নরি ।।
ক্লীঁ শব্দগী ড়োর পোকই দ্রীঁ শব্দগী কৌপিন পুথোকখি । শ্রীঁ শব্দগী হিৰ্ব্বাস বেষ পুথোকখি ।। মরম অসিনা বৈরাগ্যগী বেষ মশক ৩ শি বীজতদগী থোকখিবনি ।। বৈরাগ মখল ৫ গী মরক্তগী যুক্ত বৈরাগ্যনা থম্মোইদা লৈরবশিংনা ভেক আশ্রয় তৌজগনি ।। শিরবা ফাওবদা প্রান ৫ না শাগোনগদবা পোৎশক্লি ।। মশি ব্রজ আশ্রয় বৈষ্ণব শিংগী অরেপ্পা পুকচেল্লনি ।। ০।।
ভাব পোকফমগী মরূদি বহিৰ্ব্বাস বেষনী ।। প্রেমগী মশক্লা ডোরনী হায়না খংনগনি হায়রি ।। রসগী পোকফম বিষয়নী শ্রী কৃষ্ণ সুখ পীরিবা গোপীভাবপু কৌপিন কৌই ।। কৌপিন্দা আশ্রয় তৌববু ভেক কৎপা কৌই হায়না গোস্বামি শিংনা তাকপীরম্মী ।। মতৌ অসুম্না ভেক মশক খংনা আশ্রয় তৌরববু ভেক ফংজরবা হায়না খংনগনি ।। মশিদা অচেৎপা ৫ বু নিংজগনি ।। ভজন্দা পঞ্চ তত্ত্ব সেবা উজগনি ।। গুরুনা পীবা মশা, মশাগী শক্তম দেহ অদু ভাবনা উজদুনা ৱাখললগা সেবা তৌজগনি ।। তত্ত্বশিংদুগী মুলসন্দ্রশিংদু সিদ্ধশিংদু শোঞ্জদুনা তত্ত্ব ৫বু সেবা তৌজগনি ।। মতম অদুদা সেবাগী পোৎলম ৫ দু য়াওনা সেবা তৌজগনি সাধক্লা ।। পোৎশক্তি লৈ ১ চন্দন ২ দুপ ৩ থাওমৈ ৪ তুলসী ৫ ইশিংনাচিংবনী ।। সেবাদা অহানবা তুলসীগা

ইশিংগা ২ না ব্রাখলনা প্রান্না লৈ ওইদুনা অদ্বৈত প্রভুনা শান্তিপুরদা গঙ্গা মপান্দা কৃষ্ণ সেবা তৌখি ।। আগম বেদদগী থিদুনা মনাইগী সেবাগী মপাচানা ধাম অমসুং সম্পতি অমা মপা চানা পিনবা লৈতদুনা মনাই প্রেম সেবাগী লমনশিংবদা কৃষ্ণনা মনাই অদ্বৈতগী মখা পোনখি । মসি লৈবনা অদ্বৈতগী প্রেম সেবাগী প্রণালিবু লমচৎপু নিংজগনি ।।:০:।। (১)

---

## ৮ । অদ্বৈত প্রণালি যথা

পয়ার:- অবন্তীকপুরী ধর্ম্ম শালা বদরিকাশ্রম ধাম ।। নৈমিষারন্য সুখ বিলাস অঙ্গ পাত ক্ষেত্র সাবিত্রী ।। ইষ্ট ব্রহ্মউপাসিক বিষ্ণু হংস মন্ত্র হংসদেবতা সালোক্য মুক্তি ।। সুখ দ্বার ত্রিকালাচ্র্য্য অদ্বৈত শাখা অচ্যুতানন্দ গোত্র শুক্ল বর্ন্ন হরি নাম আহার পরম ।। হংস ঋষি নারায়ন পার্শ্বদ যযুর্ব্বেদ শ্রী মাধবাচার্য্য কৌ: বৈষ্ণবা ।। এই প্রনালিকা পড়িয়া বৈষ্ণব হইব ।।০।। তৎপরে আহবাণ করিব ।। তৎমন্ত্র যথা ।। নিত্যাবেসে বেনুমদ মধুর কন্দর্প বেশোর্জ্জলং ।। শ্রী গৌরাঙ্গকনক দ্যুতি নিজজনৈ সেব্য মানৌস্মরামি ।। তত্র পুন আচমনীযং তত্র দিক বন্দনং ।। "হ্" বস্ত্রায় ফট্ দিক দেবতায় নমস্কার কুর্য্যাৎ ।। (১)

---

## অদ্বৈত প্রণালি যথা

পয়ারগী অর্থ:- অবন্তি দেশগী কোনুংদি ধর্ম্মগী লাইনিংফমনি ।। মুনি ঋষি ময়ামনা তপ তৌদুনা নারায়ণ দেববু নিংনফম ওই হায়দুনা বদরিকা ধাম আশ্রম কৌনৈ ।। মুনিশিংগী তপ তৌফম ক্ষেত্রশিবু সাবিত্রী কৌবি সতি লাইরেম্বীনা কনবিসনু ।। থৱাইনা পান্না নিংনরি ব্রহ্ম ওইরিবা শ্রীবিষ্ণু দেববু হংস, মন্ত্রনা (স্বহং হংস পরমদেবতা নারায়নায় স্বহং হংস ইতি মন্ত্রনি তৌগল তৌলিবা সালোক্য মুর্ত্তি পীনবিরিবা শ্রী বিষ্ণু হংসদেবতা ।। নারায়নবু খুরুমজরি ।। নুংঙাইবতনা লিল্লিবা মতম ৩ গী পাওতাক পীরিবা (হৌখ্রবা হৌজিকমক ওইরিবা তুংদা ওইরক্কদবা) খংবা আচর্য্য অদ্বৈতনি ।। মাগী

তুংইন্দুনা লমচৎ চৎলিবা মচাইবুংঙো অচ্যুতান্দনা মাগী শাগৈনি ।। পরম হংস দেবতাগী মচুদি ঙৌরোক ঙৌই ।। হরিনাম্না চিঞ্জাক ওই ।। পবম হংস মুনিনা নারায়ন দেবগী নাই লোইনবনি ।। থৌগল তৌজবনি ।। ২ শুবদনা নারায়ন দেবগী পারষাদনি যুযর্বেদ চৎপা শ্রী লমাধব আচাযার্য্য ব্রহ্মাগী সেবোকনি দিক্ষামন্ত্র ফংজরবা বৈষ্ণব সম্প্রাদয়নি ।। অসিগুম্বা প্রানালিকা লৌজরদুনা চৎলিবা অদ্বৈত শাখা বৈষ্ণব গুরুনী ।। মহাক্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু কৌরগা খুৎথেংননা সেবা তৌজখি ।। মন্ত্রদি গোপীজন বল্লভায় অসিনি ।।০।। মনুংমপান লৈতবা প্রেমম্না লৈতেংলিবা কাম কৌবা লাইগি নাপল মাংহল্লিবা ।। লৈতেং খিবিক্কী মগুনবু চাওখৎহল্লিবা মথোক কারকপা কৈশোরগী শক্তম মুর্ত্তিনা অরেপ্পা ওইরিবা ।। কুচুনা সনাগী মচু মঙান্না তাংজরিবা মিংনা শ্রী গৌরাঙ্গ কৌবা ।। মাগী ওইবা মনাইশিংতনা সেবা তৌরিবা ইবুংঙো গৌরচন্দ্রবু কাল ৮ মক্তা তোল্লবনা খুরুমজরি (নিংজরি) ।।০।। মখাসিনা আচমন (ইশিং থকপা) লোইরগা মাইকৈ ১০ গী দেবতাবু খুরুমজগনি ।। "হং" হায়রগা ফিবু ফট কাপথোক্কনি ।। মাইকৈ শিংদুগী দেবতাদা হারয়জগনি ।। (১)

---

পয়ার:- ওঁ ইন্দ্র মাংপাতু দিক পূর্ব্বে আগ্নিস্যাৎ অগ্নি দেবতা ।। দক্ষিনে চ যম পাতু নৈঋতে নেরি তুঁ প্রভু ।।?।। পশ্চিমে বরুণ পাতু বায়ুভ্যাং বায়ু দেবতা ।। উত্তরে ধনন্তরি পাতু ঐশানে মহেশ্ব প্রভু ।। উর্দ্ধো পিতা মহ পাতু তথান্তরে চ ইতি স্মৃতি ।। তদনন্তরে আপনার গুরু প্রাণালির অন্তর্গত মঞ্জরী প্রাণালি পাঠ স্মরণ করিবে ।। তৎক্রম যথা ।। নীজরে নামাক্ষরে মঞ্জরী নাম নিরূপন করিবে ।। তৎপরে নিজ গুরু নামা ক্ষরে গুরুমঞ্জরী নিরূপন করিয়া ।। দৃষ্ট রূপে নিজ মঞ্জরীকে দাসী বোলিয়া ।। কর যুরে করিয়া নিজ গুরু মঞ্জরী আগ্রে নিরক্ষন করিয়া ।। অমুক দাসী করযোরভ্যাং অমুক গুরু মঞ্জরী চরণ কমলেভ্য:নম: ।। তদনুগত :।। গৌরমঞ্জরী শ্রী চরণ কমলেভ্য: নম: ।। তঅদুগত:।। (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- ওঁ মঙ্গল ওইরবা হে সুরারেন কৌবা লাই নংনা ।। মমাং থংবা মাইকৈদা লাক্কদবা য়েক্লবশিংবু ঙাকথোপিয়ু মৈরম পাংবা মাইকৈদা

লাক্কদবা বিম্বি য়েক্লবশিংদগী মৈ কৌবা লাই নংনা কনবিয়ু ।। মখারোমগী মাইকৈগী য়েক্লবা লৈবাশিংবুসু ।। যম কৌবা লাইরেম্বা (দেবতা) নহাক্লা ঙাকথোকপিয়ু ।। অশিবদগী অশিনী কুমার কৌবা সঞ্লোংগী লাই নহাক্লা অনাবা কৌবা য়েক্লবশিংদগী কনবীয়ু ।। মনিংথংবা মাইকৈগী লাই বরুন (লয়ালাকপা) নহাক্লা ঈশিংগী অকিবদগী ঙাকপিয়ু ।। অবাংগী মাইকৈগী লাই নুংশিং কৌবা নংনা নুংশিংকী অবাবা ক্লেবদগী কনবিয়ু ।। চিংখৈ মাইকৈগী লাই হে মাহা দেব প্রভু নহাক্লা মাইকৈ চিংখৈগী য়েক্লবা লাইয়ামশিংগী অকিবদগী কনবিয়ু ।। আকাশ (মথক থংবা) মাইকৈগী য়েক্লবনা পিতৃলোক (ইপা ইপু অপোকপা) শিংনা মিরেন হ্যমচংনগদবদগী (শিগদবদগী) কনবিয়ু ।। মখা (পাতাল) মাইকৈগী য়েক্লবা মীনুংশি খংদবাশিংদগী পৃথীমতা (মালেম লৈমা) ইমানা ঙাকপিসনু ।। অসিগুম্বা ব্বাখলশিং অসিবু কাওদনা নিংশিংজগদবা ওই মীওইবনা ।। অশিগী মথংদা হে মীওইবা নংনা নহাক্কী গুরুদেবগী প্রনালিকা (ফৌরোই তুংইনবা লমচৎ) বু নিংশিংজগনি ।। গুরুদগী হৌদুনা সখি মঞ্জরী দাস নামশিং পাঠ তৌজগনি ।। প্রাণালিকাগী মথং তাবশিংদু হায়রগে ।। গুরুনা পীনবা গৌর সেবাগী দাস নাম ময়েক্তগী লৌদুনা মঞ্জরীগী মিংথোনগনি ।। দাসনাম থোনদ্রবদি মঞ্জরী মিংথোনবা য়ারোই ।। করদগী দাসনামনা নবদ্বীপকী গৌরাঙ্গগী সেবা তৌবগুম্না বৃন্দাবনগী কুঞ্জসেবা রাধা গোবীন্দগী যুগল সেবা তৌজগনি ।। করিনা দাসনাম থোন্দ্রবদি মমিং খংদবনা নবদ্বপকী গৌর সেবা তৌই হায়বদি লাইশিংনা ইরমদবনা ।। য়াদে য়েৎপনা চংনবা ওইদে ভাব তাগদবনি ।।

---

পয়ার:- কনক মঞ্জরী চরণ কমলেভ্য: নম:।। তদনুগত: ।। শ্রী হরি মঞ্জরী চরণ কমলেভ্য: নম:।। তদনুগত: ।। লবঙ্গ মঞ্জরী কমলেভ্য: নম: ।। অদনুগত: ।। মণি মঞ্জরী চরণ কমলেভ্য: নম:।। তদনুগত: ।। শ্রীচম্পক মঞ্জরী চরণ কমলেভ্য: নম:।। তদনুগতঁ আনন্দ মঞ্জরী চবণ কমলভ্য:নম:।। ইত্যনুকুলে ভাবেন আত্মা বৈষ্ণব রূপেন শ্রী গৌরাঙ্গনে চিন্তয়েৎ ।। দক্ষি নিত্যানন্দ বামেন গদাধব মধ্যেবসি ভোজন করে শ্রীশচি নন্দন ।। এক

মহাপ্রভু আর দুই প্রভু জনে ।। দুই প্রভু সেবাকরে এক প্রভু প্রায় ।। বাম পার্শ্বেবসি আধ হাসি প্রাণ নাথ বোলিয়া ডাকে ।। (১)

---

ঐগী গুরুদেবগী দাস নামগী গুরুমঞ্জরীগী শক্তমবু নিংজগনি (উজগনি)।। ঐগী মঞ্জরীনা গুরু মঞ্জরী মনাইনি হায়না নিংজদুনা খুৎ২ লোন্নজগনি অমসুং শ্রীগুরুমঞ্জরীগী শক্তমবু য়েংজরগা হায়জগনি ।। ঝাহৈনা অসি গুম্বা গুরুগী মঞ্জরী চরণ থম্বালখিবিক্কীদমক খুরুমজগনি হায়গনি খুৎ ২ লোন্নজরগা ।। অদুগী মথংদা গৌরমঞ্জরীগী চরণ থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজগনি (ঐহাক্না) ।।(১)

---

পয়ারগী অর্থ:- অদুগী মথংদা কনক মঞ্জরীগী চবণ থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ।। অসিগী মথংদা হরি মঞ্জবীগী চবণ থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ।। মথং অসিদা মনিমঞ্জরী (গঙ্গানারায়ন ঠাকুব)গী চরন থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ।। অসিগী মথংদা চম্পকমঞ্জবী (নবোত্তম ঠাকু মহাশয়) গী চবনথম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজবি ।। মসি মথংদা আনন্দ মঞ্জরী (লোকনাথ গোস্বামী)গী চবন থম্বাল খিবিক্কিদমক খুরুমজবি ।। হায়রিবা গুরু মঞ্জরীশিং অসিগী মনাইনি হায়না খঞ্জরগা ।। শ্রী গৌবচন্দ্র প্রভুবু অকাওবা লৈতনা নিংশিংজগনি ।। সেবাসু নদ্বীপকী ভজন্দা উজগনি (তৌজগনি ।। লুকহাবা মতমদনা শ্রী গৌরচন্দ্র প্রভুগী য়েৎথংবদা নিত্যানন্দা ওইথংবদনা গদধর ময়াইদনা গৌরাঙ্গনা আসন্দা ফম্লগা লুক হারি ।। অদুগা শ্রী গৌরাঙ্গ নিত্যানন্দ ইবুংঙো অনিগী সেবাবু গদাধরনা তৌজরি ।। গদাধরনা গৌরাঙ্গগী ওইথংবদা ফম্লগা হরাওনা নোকচরগা হায়জরকই ।। হে থবাইগী ইবুংঙো মিৎয়েং অমুক্তং তাবিরকউ হায়দুনা কৌজরি ।। (১)

---

পয়ার:- শ্রীরাধার ভাবনা যেমতি চিন্তনা যে মতি হইয়া থাকে ।। কনক কেতকি জিনিয়া দেখিতে মনের সাধে ।। এ দাস বৃন্দাবন মানুষ রতন দেখিল নিত্যাই রাধা ।।০।। তথাহি অরাধনা মাহ ।। দক্ষিনে শ্রীনিত্যনন্দ মধ্যে শ্রী গৌরাঙ্গ কনক দ্যুতি চিন্তয়েৎ ।। অগ্রে শ্রী অদ্বৈত চিন্তয়েৎ বামেগদাধর চিন্তয়েৎ ।। প্রিষ্ঠ শ্রীনিবাস চিন্তয়েৎ ।। এই পঞ্চ তত্ত্বকে নিজ ২ গায়ত্রী

সাধে চর্ব্বিশাক্ষর মুর্ত্তি নিরুপনং ।। অঞ্জাত চক্রে ২ ক্ষদৃষ্ঠ বিধি মতে পুজনং ।। ধুপ অঙ্গে ১ দ্বীপ চক্ষে ২ চক্ষে ২ গন্ধ (চন্দন) ৩ পুষ্প নাশা ৪ দ্রব্য জিহ্বাতে ৫ নিজ মন্ত্রে পুজনং ইতি বিধি পুজনং ।। নিত্য পুজনং ।। আকাশ হেতে শব্দ ১ পুষ্প (আকাশ পুষ্প) বায়ু হৈতে ধুপ ২ সুর্য্য হইতে তাপ ৩ দ্রব্য হেইতে রস ৪ পৃথিবী হইতে গন্ধ ৫ এস পঞ্জ নিত্য পুজনং ।। দ্রব্য বীজ যথা ।। লং হং যং রং বং ইতিজ্ঞাত্বা পুজনং ।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- মতম অদুদি গৌরাঙ্গপ্রভু ইবুংঙোদি রাধাগী ৱাখল ফাওদুনা অৱাবা কৃষ্ণ ফংদবগী চিন্তা তৌদুনা লৈবনা ।। ৱাঙাং পুকচেল ঐ রাধামকনি খন্দুনা ঙাংলি ।। সনা কেতুকীগী মচু মানবা হকচাংগী কুচুনি ।। রাধাগী শক্তম মুর্ত্তিবু পুক্লিংনা উরজদুনা নুংঙাইজবা শ্রী গৌরাঙ্গনি ।। অসিগুম্বা রস বৃন্দাবনদা শান্নবিবা গোপ গোপী রাধা অনঙ্গ মঞ্জরীনা থৌগল তৌরিবা যোগ পিঠবু তত্তনা উজগনি মতম নিপান্দা ।।০।। মীওইব ঐনা নিংজগদবা পুকচেল ৱাখলশিং অদু হায়রগে ।।০।। নবদ্বীপকী পঞ্চ তত্ত্বগী ফিরেপ যোগ পিঠ উগদবদু হায়রি ।। য়েৎথংবরোমদা শ্রীনিত্যানন্দগী ময়াইদনা শ্রী গৌরাচন্দ্র মাংদা মাং ওইননা শ্রী অদ্বৈত ওইথংবদা গদাধর তুংওইনা শ্রীবাসপন্ডিত মঙাসিবু উজগনি ।। ভজনগী মতমদা ।। মতৌ অসিগুম্না তত্ত্ব মঙাবু মশা ২ গী মুর্ত্তি গায়ত্রীবু নিংশিংদুনা উজগনি ।। বীজগা কোন্নবা ময়েক ২৪ না শক্তম ওইবা মুর্ত্তিবু উজগনি ।। ফোংদোক্তবদা (হায়দোক্তবা) ৱাহৈদা চক্রেদা হক্ষ ময়েক্লা ৱায়েল কাইদনা পুজাবু তৌগনি ।। কৎকদবা পোৎচংদি ধুপনা হকচাংদা ১ পদ্বীনা মীত্তা ২ মনম্না নাতোন্দা ৩ চন্দনা হকচাংদা পুম্না ৪ চানবা পোৎকী মহাওনা লৈয়েংদা ৫ অসিনী ।। মা ২ গী কোন্নবা ময়েকনা মন্ত্র ওইনা শোন্দুনা ৱায়েল কাইদনা পুজা তৌজগনি হায়রি ।। হোংবা য়াদবা পোৎশক্তি নুমিৎ খুদিংগী তৌগদবদি ।। আকাশতগী খোঞ্জেন (পুষ্প) ১ নুংশিত্তগী ধুপ ২ নুমিত্তগী তাপ (মৈশা) ৩ দ্রৈব্য হৈতৈ ইশিংদগী মহাও ৪ পৃথিবীদগী মনম ৫ পোৎলম মঙা অদু হায়রিবা অসিনী ।। বীজগা কোনবা মন্ত্র ময়েক্তি লং হং যং রং বং ৫ অদু হায়রিবা অসীনি খংগদবনি হায়রি পুজাগী মন্ত্রনি লাইরিক্লা হায়রি ।। (১)।।

## ৯। অথদেব প্রণালি পঠেৎ ।।

পয়ার:- মন্ত্র গুরু আর যত শিক্ষা গুরু গণ ।। তাহার চরনে আগে করিয়ে বন্দন ।। তত্ত আত্মা মঞ্জরী করজোরাভ্য: নম: তদনগত: শ্রীমদগুরু মঞ্জরী চরণ কমলেভ নম: ।। শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য মেহাপ্রভু চরণ কমলে ভ্য:নম: ।। তদনুগত: ।। শ্রীমদ নিত্যানন্দ প্রভু চরন কমলেভ্য: নম: ।। তদনু গত: ।। শ্রী অদ্বৈদ প্রভু চরণ কমলেভ্য:নম: ।। তদনুগত: ।। শ্রীরূপ গোস্বামী চরণ কমলেভ্য: নম: ।। তদনুগত: ।। শ্রী সনাতন গোস্বামী চরণ কমলেভ্য:নম: ।। তদনগত: ।। ভাট্ট রঘুনাথ গোস্বামী চরন কমলেভ্য: নম:।। তদনুগত: ।। গোপাল ভপট্ট গোস্বাভী চরন কমললে ভ্য: নম:।। তদনুগত: ।। দাস রঘুনাথ গোস্বামী চরণ কমলেভ্য: নম: ।। তদনুগত:।। শ্রীজীব গোস্বামী চরন কম লেভ্য:নম ।। এই ছয় গুরু যবে ব্রজে কৈল ।। গোস্বামী অনুদাস হইয়া যাবটেতে বাস ।। ব্রজে র ভাবে রতি যস্য রাগেশ্চপ্রাপ্তি লালসা গোপী রূপা অনুগ্যা ভক্তা মন্ত্র ধ্যানাদিকং ত্যজেৎ ।। গোপীর সঙ্গিনী হইয়া প্রেম সেবা নিরখিয়া সখি সঙ্গে সতত্ত বিলাস ।। ইত্যাদি ভাবনা ।। (১)

---

## ৱায়েল কাইদনা চৎপা গোস্বামীশিংগী প্রাণালি হায়রগে ।।

পয়ারগী অর্থ:-মন্ত্র (অথুপ্পা ৱারোল) পাওতাক পীবা মীগী মিংবুনা (পাওতাক্কী মীংবু) দীক্ষা গুরু কৌই ।। অরুবা ৱায়েলগী অর্থ তম্বীববু মমিং শিক্ষা গুরু কৌই ।। দীক্ষা কুরু খিবিক্কী চরন থম্বালখিবিকপু অহৌবা অসিমক্তদা খুরুমজরি তোল্লবা ননাইনা ।। ঐহাক্কী গুরুনা পীনবিবা অরেপ্পা ইমিং অমসুং ইশমক্লা মঞ্জরীনা খুৎ ২ লোম্নজদুদা ।। শ্রী গুরুদেবগী পীনবিবা অরেপ্পা চরন থম্বালবু খুরুমজরি ।। মখাতারকপশিদা শ্রী কৃষ্ণচৈতিন্য ইবুংঙোগী চরন থম্বালবু খুরুমজরি ।। মথংদন শ্রীনিত্যানন্দা ইবুংঙোগী চরন থম্বালবুসু খুরুমজরি ।। মথংদনা শ্রী অদ্বৈত প্রভুগী চরন থম্বালবু খুরুমজরি ।। মথংশিদনা শ্রীরূপগোস্বামীগী চরন থম্বাল খীবিক্কীদমক খুরুমজরি মথংসিনা শ্রীসনাতনা

গোস্বামীগী চরণ থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ॥ মথৎশিনা রঘুনাথ ভট্ট গোস্বামীগী চরন থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ॥ মথৎশিনা শ্রীজীব গোস্বামীগী চরন থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ॥ মথৎদা শ্রী গোপাল ভট্ট গোস্বামীগী চরন থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ॥ মথৎশিনা শ্রী রঘুনাথ দাস গোস্বাভীগী চরন থম্বাল খিবিক্কীদমক খুরুমজরি ॥ মথক্তা পঞ্জরিবা গোস্বামী ৬ সিনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী য়াথং পুজদুনা ব্রজ (বৃন্দাবন্দা)দা লৈখি ॥ শ্রীরূপ গোস্বামীগী মনাই ওইজদুনা যাবট্ট অউন নাই ওইদুনাা লৈজবা ॥ ব্রজ রসগী থাখল রতি লীলাগী সেবাফংজবা পামজগনি পুকচেননা ॥ গোপীগী শক্তম ওইজবা ভক্তগী শক্তম মন্ত্রনচিংবা থাদোক্তুনা গুরু কৃপাগী গোপীনা গুরুমঞ্জরী সখিগী তুংইনজদুনা প্রেম সেবা তৌজবা ॥ দখিশিংগা লোইননা তত্তনা শানরিবা রাধা গোবিন্দগী কুঞ্জলিলাবু করম্বা কান্দা উজশিবা ॥ অসি খন্দুনা সাধনা তৌজগনি ॥ মশিনী ভজনগী থাখলসি নিংজগনি ॥(১)

## ১০। অথ রাগস্য নির্ম্ময় ॥

পয়ার:- রাগ ইতি সব অক্ষর শ্রী অঙ্গ জানি ॥ তা ১ রি ২ না ৩ ॥ না ৪ রি ৫ তা ৬ না, ৭ না ৮ তা ৯ ইতি ॥০॥
অস্যার্থ ॥ এই বুঝিরাগ সঞ্চারি রা নয় অক্ষরে প্রভুর শ্রী অঙ্গ নিরূ পীব ॥০॥ তৎযথা ॥ তা ১ ইতি বক্ষ ॥ রি ইতি নাভি ২ ॥ তা ৩ ইতি কটিতে ॥ না ৪ ইতি পদ ॥ রি ৫ ইতি বাহু ॥ তা ৬ ইতি মুণ্ড ॥ না ৭ ইতি চক্ষু কর্ণ ॥ তা ৮ ইতি নাশা ॥ না ৯ ইতি মুখ ইতি শ্রীঅঙ্গ ॥

---

এই রাগ সঞ্জার বা জাইবা ইতি পঞ্চার ইতি পঞ্চম প্রাণ জানিবা ॥ আর যে রোগের বেশ বর্ম্ম বাহান মুহি জানিয়া ॥ রাগ, রাগিনী, আলাপ, করিবা সেই পুরুষের রাগিনী গাইলে প্রভুর পঞ্চ প্রাণ পঞ্চ রস উদয় হয় ॥ মন ১ বুদ্ধি ২ চিৎত ৩ ইন্দ্রি ৪ প্রাক ৫ পঞ্চ অঙ্গ জানিবা ॥:০:॥(২)

## রাগগী হৌরকফম অরেম্মা হায়রগে ॥

পয়ারগী অর্থ:-

১। শ্রী গৌরাঙ্গগী পুক্লিং (মননা) শ্রীবাসপণ্ডিত ওইদুনা ইশৈ হল্লি ।২।

২। প্রভুগী মিহন্না মুরারী ওইদুনা খোনপাংলি ।৩।

৩। প্রভুগী খোঞ্জেন্না মুকুন্দ ওইদুনা দুহার চংহল্লি ।৪।

৪। প্রভুগী লৌশিংনা অদ্বৈত ওইদুনা পুংয়ৈরি ।৫।

৫। প্রভুগী নুংশানা নিত্যানন্দ ওইদুনা ভাবক ওইরি ।৬।

---

১। মন =পুক্লিং ।

২। বুদ্ধি = লৌশিং ।

৩। চিত = মিহুন (থম্মোই)

৪। ইন্দ্রি =খোঞ্জেল

৫। প্রাণ = নুংশা (মণ্ডাসি থবাই মণ্ডানি )

---

পয়ারগী অর্থ:- রাগ হায়বা বাহৈশে পুক্লিংনা নিংশিংনরিবা অহানবা বাখল অমনি ॥ মশি রসনি ময়েক ৯ নি শ্রীমুর্ত্তিদা থৌগললিবা শক্তমনি হায়না খংনগনি ॥ ময়েকশিং অদুদি তা, ১ রি ২ না ৩ না ৪ রি ৫ তা ৬ না ৭ তা ৮ না ৯ অসুম তৌনা ময়েক ৯ বু তাকই ॥০॥ অরেপ্পা শক্তম অদু তাকই ॥ ময়েকশিং অশিগী অর্থ:- মরোলবু শব্দোক্তনা খংহল্লিবা বারোলবু রাগ সঞ্জায় (ভাব বাখল ময়াম শব্দোকপা) হায়না কৌই ॥ শব্দোকইবা ময়েক ৯ অসে শ্রী গৌরাঙ্গগী শাথেক ফজবাশিংনি অহানবা খোম্থোক্তা “আ” হায়বা শব্দ খোম্থোক থোকইবা অদু ি বিপ্রলম্ভ রস শক্তম লৈ হায়দুনা তাকপনি ॥ মথংদা অহানবগী তা ১ ময়েক্লা ইবুংঙোগী থবাকপুনি হায়রি ॥ ২ শুবা ময়েক্লা খোইদৌ থম্বালবু তাকই ॥ ৩ শুবা ময়েক্লা খাংগী অচেংবা মফমবু তাকই ॥ ৪ শুবা না ময়েক্লা চরল থম্বাল ২ বুনি হায়রি ॥ ৫ শুবা ময়েক্লা পাম্বোম ২ বুনি তাকই ॥ ৬

শুবা তা ময়েক্লা শির কোকপুনি হায়রি ।। ৭ শুবানা ময়েক্লা মিৎ ২ নাকোং ২ বুনি হায়রি ।। ৮ শুবা তা ময়েক্লা নাতোলবু (নশাবু) খংহল্লি ।। ৯ শুবা না ময়েক্লা মাইথোং থম্বাল চিনবানবু তাকই ।। মশিনী ময়েক ৯ না শ্রী অঙ্গগী শক্তম শাথেক ফজববু তৌগল তৌই হায়বা অর্থদো ।। মশিনী ।।

---

পয়ার:- প্রভুর মন শ্রীনিবাস গায়ন হইল ।। প্রভুর বুদ্ধিতে অদ্বৈত মৃদঙ্গ বাজন হইল ।। প্রভু ইন্দ্রিয়েতে মুরারী বায়ন হইল ।। প্রভুর ইন্দ্রি মুকুন্দ দুহার হইল ।। প্রভুর চিত নিত্যানন্দ ভাবক অধিকারি হইল ।। এই বুঝিয়া কর্ম্ম আরম্ভ করিলে ।। গৃহস্থিন ক্ষণ চলিয়া গেল ।। সেই গৃহস্থ কার্য্য কালে রাধিকা স্বরূপ হইবা ।। ইতি রাগস্য লক্ষণং ।। (১) ।।

---

রাগ হৌবা (রাগ শব্দোকপা) ফোংদোকপবু সঞ্চার কৌই ।। রাগগী মরোল ৫ রক শভোকইবশে প্রাণ ৫ গী মশকনি হায়না খংনগনি ।। রাগ হায়বমিং অসিদা লিঙ্গ খাইদোকই ।। রাগ পুরুষ ৬ নি মখোইগী লোইনবি রাগীনি মশিং ৩৬ অমগসু লৈরি ।। মখোয়শিং অদুগী লৈতেং ফিশেৎ রাগগী মচুনচিংবা য়েংবদা অঙকপনি হায়না খংনগনি ।। রাগীনী শিংদুগী ৱাঙাংশিং অদু খোল্লা আলাপ ৭ নি স্বর শাংনা ঙাংবা ৱাঙাংবু আলাপ কৌই ।। রাগীনি শিংদি স্বর খোনমৈ চিংথনা ঙাংনৈ রাগ পুরুষশিংগা ।। রাগীনিশিংনা বিলাপ (তেংথাবা ৱাঙাং) আলাপ্তা ঙাংবা শকপদি শ্রী গৌরচন্দ্রগী প্রাণ ৫ দা রস ৫ না থৌগল ফোংলি ।। থৱাই ৫ হায়বদো করি করিবুনো পুক্লিং ১ লৌশিং ২ জ্ঞান ৩ হকচাং ৪ প্রান নুংশিৎ ৫ হায়রিবা ৫ অসিনি খংনগদবা ।। (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- শ্রী গৌরাঙ্গগী থম্মোইগী ৱাখল খংলদুনা শ্রীবাস পণ্ডিতনা ঈশৈ হল্লি ।। শ্রী গৌরগী পুক্লিং উরবা আদ্বৈতনা পুংথোল্লি ।। ইবুংঙোগী অপাম্বা তুংইন্না মুরারি ভক্তনা থৌগল তৌই ।। প্রভুগী অজ্ঞা য়াথং) ফংলবদা মুকুন্দনাদ্বহার ওইরি ।। শ্রী গৌরচন্দ্রগী পেন্নবগীদমক শ্রী নিত্যানন্দনা

ভাবক (রস চুপ্পা) মশক নাইবা ওইরি ।। মশিনী সংকীর্ত্তন পালা নাইবগী ঌারোল্দি ।। অসিগুম্বা সংকির্ত্তনগী থৌবম অচেৎপা মশক খংলবা মীওইবনা সাধু বৈষ্ণবশিংগী সেবাগীদমক ওইজ-ওইথক থাদোক্কুনা মহৈ নিরুদনা মরল তিংনরি ।। মরম অসিনা য়ুম লিংলিবা মীওইবা নুপী নিপাশিংনা মশাগী ওইবা নাপল থাদোক্কদবনি ।। সাদু গুরুগী য়াথং মতুংইনা য়ুম্বুদি শ্রীরাধা ঠাকুরানী ইবেম্মনা তৌবিবা সংকির্ত্তনি হায়না পুক্লিংনা লেপচগনি ।। মরম অসি য়ুম্বু ওইগদৌরিবশিংনা গুরুদগী তমদুনা খংগদবনি হায়বিবা ঌারোলশি রাগগী মশক বিচার লেপলে মতাং অসিদা ।। (১)।।

## ১১। অথ মাণ্ডপ ণির্ন্নয় ।।

পয়ার:- কীর্ত্তননের মন্দির করিয়াছে সে মণ্ডপ বৃন্দাবন জানিবা ।। সেই অষ্ট সখীরে অষ্ট খম্বা হইল ।। চারি কৃষ্ণ চাবি কোনাহইল ।। অষ্ট খম্বা অষ্ট কুঞ্জ জানিবা ।। চারি কৃষ্ণেতে পূর্ব্ব রাগ ১ মান ২ প্রেম বৈচিত্র ৩ দুর প্রভাস ৪ ।। চারি দ্বার চারি সম্ভোগ জানিবা ।। মধ্য খাম্বা কল্প বৃক্ষ চৈতন্য তীর্ত্তন মুর্ত্তি রস রাজ জানিবা আবযোগ পীঠ জানিবা ।। তার পরে আকাশ দেবতা ১ বায়ু দেবতা ২ বহ্নি দেবতা ৩ জল দেবতা ৪ পৃথীবি দেবতা ৫ হেমন্ত ৬ বসন্ত ৭ চন্দ্র ৮ সুর্য্য ৯ ।। এই নবদেবতা পুর্ব্বরাত্রে নিমন্ত্রন করিবা ।। নয় দেবতা নয় ঘট পুজা দিব ।। আর চারি কোনাতে চারি দেবতা পুজা দিব ।। অগ্নি কোনে মহেশ্বর দেবতা ১ নৈঋতে কেশব দেবতা ২ বায়ু কোনে অনন্ত দেবতা ৩ ঐশানে গণেশ দেবতা ৪ ।। চারি ঘটে দেবতা পুজা করিবা ।। ইতি মণ্ডপ পঞ্চ প্রকাব ।।:০:।।(১)

## মাণ্ডপ কৌবা মফমগী বিচার ।।

পয়ারগী অর্থ:- হরি সংকীর্ত্তন তৌরিবা মাণ্ডপ মফম অসে বৃন্দাবন্নি হায়না খংনগনি ।। সখি ৮গী মশকনী মাণ্ডপকী উখোং ৮ অদু ।। কৃষ্ণ ৪ মশক্লি ।। চুথেক ৪ অদুসু ।। মাণ্ডপকী মখোং মফম ৮ অদুবুনা লীলাগী

কুঞ্জ ৮ নি হায়না উজ্জগনি ॥ পুর্ব্ব রাগ কৃষ্ণগীদমক ৱাখল খনবা অহানবা শক খংনবা নুংশিনবা শকমুন্না খংনবা ১ শুবা ॥ মান নুংশিবা চান্নবদগী নুংনাংদুনা ৱারৌবা ২ শুবা ৩ শুবা প্রেম চরিত্র নুংশিনবদগী উন্নরবদা ৱাখলনা হেঞ্জিখিদুনা ঙকলদুনা ৱারৌদুনা ঙাংবা ৱাঙাং ॥ ৪ শুবদা প্রভাস কাইনরবদা নুংশিজরিবা অদুগী মগুণ মপাও শক্তুনা পুন্সি লেনবা মতম ঙাইবা প্রভাস কৌই ॥ মণ্ডপকী মাইকৈ ৪ থোং ৪ দো সম্ভোগ হকথেংনফমনী হায়না নিংগনি ॥ মাণ্ডপকী মায়াই থংবা য়ুম্বী (যাত্রা) দো মাণ্ডপতুগী মপু ময়েং তাবা লৈত্রবা কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনী হায়না উজ্জগনি ॥ সংকির্ত্তনগী মুর্ত্তি (শক্তমদি) অনিনা অমতা ওইবা (রস রাজ মহাভাব) শকফমনি॥ যোগ পীঠ ভজনশিংগী উনফমনি হায়রি মথংশিদা সংকির্ত্তনদা য়াওবা লাই ৯ নি ॥ মমিংদি আকাশ (নোংথক্কী) লাই ১ নুংশিং কৌবা লাই ২ মৈ কৌবা লাই ৩ ঈশিং কৌবা লাই ৪ লৈপাক লৈমা কৌবা লাই ৫ হেমন্ত কৌবি ঋতু লাইরেম্বী ৬ বসন্তা কৌবী লাইরেম্বী ৭ থা কৌবা লাইরেম্বা ৮ নুমিৎ কৌবা অঙানবা লাই ৯ অসিনি (দেবতা) লাই ৯ হায়বদো ॥ সংকির্ত্তন্না হয়েং তৌগদৌবা ওইরবদি ঙসি নুমিদাংগী নিমন্ত্রন (পাওজেন চংকনি) তৌজগনি ॥ (মথক্কী ৯ অসিগীদমক ঘোৎ ৯ লাংদুনা ধুপ থাওমৈ য়াওনা পুজা তৌগনি ॥ মথংদা মাণ্ডপকী চুথেক (কোনা) ৪ গীসু লাই ৪ পুজা তৌগনি ॥ লাইশিংদুগী মমিংদি মৈরম পাংবদা মহাদেবা লাইদা পুজা কৎকনি ॥ নৈঋত কোন (লাইজিদা) কেশব কৌবা নারায়ন্দ কৎকনি ॥ কৌব্রু লাইজিদনা অনন্ত দেবতাদা কৎকনি ॥ চিংখৈদনা গনেশ দেবতাদা কৎকনি ॥ ঘোৎ ৪ লাংলগা লাই ৪ বু পুজা তৌবা হৌনৈ ॥ ০॥ মাণ্ডপ হায়বশি মখল ৫ শুই হায়রি ॥:০:॥

প্রয়ার:- পদ ধৌত মণ্ডপ ১ কুবের মাণ্ডপ ২ রন্ধন মাণ্ডপ ৩ দ্রব্য মাণ্ডপ ৪ নিত্য কুঞ্জ মাণ্ডপ ৫ ইতি পঞ্চ প্রকার ॥ পাদ ধৌত স্থানে কালিদাস গোপশ্বর স্বরূপজানিবা ॥ রন্ধনেতে বিজ্ঞ বিপ্র লক্ষ্মী রূপা জানিবা দ্রৈব্য মাণ্ডপেতে ভগবতি ও কুবের পুজা দিবো ॥ নিত্য মন্দিরে ধ্বনী ২ চৈতন্য পুজা দিবো ॥

আর পঞ্চ ধ্বনি যথা ॥০॥ রাগ ধ্বনি ১ মৃদঙ্গ ২ শঙ্খ ধ্বতনি কর তাল ধ্বনি ৪ বংশী ধ্বনি ৫ এই পঞ্চ ধ্বনি ॥ মাণ্ড পের উত্তরে ভাণ্ডারী স্থানে রাখিবা ॥ তাহাতে তণ্ডুলাদি রাখিবা তাহাতে লক্ষ্মী পুজা করিবা ॥ লক্ষ্মী পুজায় মন্ত্র যথা হ্রীঁ ক্লীঁ জগতেশ্বরী স্বাহ কুবের পুজা মন্ত্র যথা ॥ হ্লীঁ শুভং অয়ং দেহী কুবে রায় স্বাহা: ॥ ইত্যাদি সামগ্রীসং যোগে পুজ্য করিবা ॥ ইতি মাণ্ডপ বিচার সমাপ্ত ॥ (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- খোংহাম্ফম মাণ্ডপ হায়বা অমা (১) কুবরে মাণ্ডপ হায়বা অমা (২) থোংফম (রোশোইশং) মাণ্ডপ হায়বা অমা (৩) লনগৈগী মাণ্ডপ হায়বা অমা (৪) লীলা শানফম গুন শকফম মাণ্ডপ হায়বা অমা (৫) অসিনি মাণ্ডপতি ॥ মাণ্ডপশিংদুগী মপুদি খোংহাম্ফম মাণ্ডপকীনা কালিদাস মহাদেবগী শক্তম্মী উজগদবা ॥ থোং থাকফমগীদনা মচন তিনবদা হৈরবি মথেন শেম্বদা শিংলবী লক্ষ্মী ঠাকুরানি লৈ হায়না উজগনি ॥ পুকৈ লনকৈদা ভাগবতী প্রৌনিমাসি দেবীবু উজগনি কুবরেদেবতাদা পুজা তৌগনি ॥০॥ নিত্য লিলা শানফমগী শকফম মাণ্ডপ্তনা মঙ্গলখিবিক্লা থৌগল তৌরিবা কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুবু সেবা তৌজগনি ॥

সংকির্ত্তন অমা হৌবদা খোম্লোক ৫ না তিল্লি (চংই) ॥ মদুদি রাগ হৌবগী খোম্লোক অহানবা "আ" বিপ্রলম্ভ অমা (১) পুংগী মখোল অমা (২) মোইবুংগী মখোল অমা (৩) কাংশিগী মখোল অমা (৪) করতালগী যন্ত্রগী মখোল অমা (৫) অসিনী তিল্লিবদি ॥ মাণ্ডপকী অব্রাংথংবদা ভাণ্ডারি (অরাংফমগী) লৈফম থমগনি ॥ অদুতসু নত্তনা চান-থকনবা ক্বা ফিসেবাগী চেংপাকনচিংবা শন্দেশশিংসু লৈফমনি ॥ সেবা তৌরিবা মীওইশিং অদুনা লক্ষ্মী পুজাসু তৌগনি ॥ পুজাগী মন্ত্রদি হ্রীঁ ক্লীঁ জগৎকী মবেম্মা কৎচরিবশিংশে খুৎথেংননা লৌবিয়ু হায়গনি ॥ কুবেরবুসু পুজা তৌগনি ॥ মন্ত্র ক্লীঁ শুভং অয়ং দেহী কুবে রায় স্বাহা হায়গনি ॥ পোৎচং হৈরুক পানা ধুপ থাওমৈ য়াওনা কত্তুনা পুজা তৌজগনি সেবা ফংইবশিংনা ॥ মণ্ডিদা বিচার খর ইজবা ব্রাফমনী ॥ মণ্ডিদা লোইরে ॥

## ১২। অথ নিমন্ত্রন বিচার কথ্যতে ॥

পয়ার:-বার্ত্তন প্রেরিত যে গৃহস্থ বাড়ি যাবট গ্রাম জানিবা ॥ সেযাবট্টে শ্রীমতি রাধিকা থাকেন ॥ অতত্রব সে স্থানে থাকিযে নিমন্ত্রন করিতে হয় ॥ বার্ত্তন তিনপ্রকার ॥ আমন্ত্রন (১) নিমন্ত্রন (২) বার্ত্তন (৩) ॥ আজি হইবে ইহারনাম বার্ত্তন (১) কাল হইবে ইহার নাম নিমন্ত্রন (২) তাহার উর্দ্ধে হইলে আমন্ত্রনজানিবা ॥ বার্ত্তনীয়া (বার্ত্তা হারিয়া) সেই দ্বই বৃন্দা তুলসি জানিবা ॥

### (ক) চন্দন বর্ণ কথ্যতে

পয়ার:- চন্দন নের বর্ন কহি ॥ শনিবারের ফুল চন্দন কালা বর্ন্ন ॥ রস মান ললিতা সখি ॥ রবিবারের ফুল চন্দন নীলল বর্ন্ন ॥ রস স্বাধীন বিশা খাসখি ॥ সোমবারের ফুলা চন্দন শ্যাম বর্ন্ন রস অভিসার চিত্রা সখি ॥ মঙ্গল বারের ফুল চন্দন পীত বর্ন্ন রস বাসক সয্যা চম্পকলতা সখি ॥ বুধবাস রের ফুল চন্দন সেত বর্ন্ন রস উৎকন্ঠা রঙ্গ দেবী সখি ॥ বৃহস্প তিবা রের ফুলচন্দন তাম্র বর্ন্ন ॥ রস বিপ্রলব্দ্ধ সুদেবী সখি ॥ শুক্রবারের ফুল চন্দন রাতুল বর্ন্ন ॥ রস কলহন্তারিতা তুঙ্গবিদ্যাসখি ॥ নিমন্ত্রন বিহিন সম্বৃদ্ধি মান ইন্দুরেখা সখি ॥:০:॥ (২)

### ॥ নিমন্ত্রন তৌবগী ৱারম হায়গে ॥

পয়ারগী অর্থ:- বার্ত্তনগী হৌরকফম য়ুম্ফমদি যাবট্টগ্রাম খুঙ্গংদগনি হায়না খংনগনি ॥ য়ুমদি শ্রীরাধাঠাকুরানীনা লৈবা য়ুমদগীনি ॥ মরম অসিনা নিমন্ত্রণ তৌফমদি ইবেম্মদগী হৌফম্নী ॥ বার্ত্তন (পাওচৎপা) হায়বশে মরোল অহুম শুরি ॥ মদুদি আমন্ত্র (১) নিমন্ত্রণ (২) বার্ত্তন (৩) ওসি তৌগদবা সেবা কম্মগী মরোল লাকপিনবা পাও চৎপা ৱারমবু বার্ত্তন কৌই ॥ হয়েংগীদমক পাওচৎতুনা হায়রুববু নিমন্ত্রন কৌই ॥ নুমিৎ ২/৪ নী ৱাংলিঁঙদা পাও তাকউববু আমন্ত্রন হায়না খংনগনি ॥ রাধা কৃষ্ণ ২ গী

লীলাগীদমক বার্ত্তনীয়া (বার্ত্তা হারি) পাও পুদুনা চৎপা মীশক্তি ২নী ॥ মমিংদি বৃন্দা ১সুং তলুসি সখিনী ॥:০:॥ (১)

॥ চন্দনগী মণ্ডপ হায়গে ॥

থাংজ নুমিৎকী সেবাগী চন্দনগী মচুদি অমুবা মচুনি ॥ রস মান (ব্রারৌগনবা ওইনবা) লীলাগী মপুদি ললিতা সখিনি ॥ (১) নোংমাইজিং নুমিৎকী সেবাগী লৈ চন্দনগী মচুদি অশংবা মচুনি ॥ রসনা স্বাধিন (চানবীনা হায়জবা য়াথংগী মখা পোনবা) নি লীলা সখিদি ভাব চাবা তম্মীবা বিশাখা গুরুনী ॥

---

পয়ার:- দ্বারিকা প্রযন্ত নিমন্ত্রন রাধার স্বরূপ কি কি ॥ দ্বীপ চক্ষু (১) তাম্বুল মুখ (২) চন্দন নাশিকা (৩) পুষ্প কর্ন্ন (৪) ধুপ চর্ম্ম (৫) এই পঞ্চদ্রব্য রাধার স্বরূপ ॥ মন গোপ্য যোগলবসন্ত দর্পন ভাবমিলন ॥ ইহা বুঝিয়া সেই গৃহাস্থি ভাবক লইয়া ॥ সে জিজ্ঞাসিলে উত্তরদিব আমি নন্দ গ্রাম থাকি অমর নাম নন্দের কৃষ্ণ ॥:০:॥ (১)

---

নিংথৌকাবা নুমিৎকী সেবাগী লৈ চন্দন মচুদি মুনা শংদানবনি ॥ রসনা অভিসার (মশানা মথৌ মশকখংনা চৎপী) নি লীলা সখিগী মিংনা চিত্র সখিনি ॥ লৈপাক পোকপা নুমিৎকী সেবাগী লৈ চন্দনগী মচুদি সনা মচু মাল্লি ॥ রসনা বাসক সয্যা (লৈনা শেম শাবা লীলা শানফমবু হরাওবা ফোংবা) রসনি ॥ লীলা সখিনা চম্পকলতা সখীনি ॥ য়ুমাকৈশ নুমিৎ সেবাগীদি লৈসু চন্দনসু কোরি মচু মাল্লি ॥ রসনা বিপ্রলব্ধ (হরাওবা নুঙাইরব্বু চিংনরকপা) রসনি ॥ লীলা সখিনা সুদেবী সখিনি ॥ শগোলশেন নুমিৎকী সেবাগীদম লৈসু চন্দনসু কোরি মচু মাল্লি ॥ রসনা বিপ্রলব্ধ (হরাও নুংঙাইরববু চিংনরকপা) রসনি । লীলা সখিনা সুদেবীনি ॥ ইরাই নুমিৎকী সেবাগী লৈ চন্দনগী মচুদি ঙাংঙানবা মচুনি ॥ রস কলহন্তরিতা রসনি ॥ মান তৌপ্রবগী মতুংদা নিংঙমদদুনা নুংনাংবা) রসনি ॥ লীলাগী

মপু সখিদি তুঙ্গবিদ্যা সখিনি ।। বার্ত্তন শিল্পিবি সখিণী ।। সম্বৃদ্ধি মাননী (লীলা চাওখৎহনবা) রসনি ।। লীলা সখিনা ইন্দুরেখা সখিনি ।। (২) বার্ত্তন চৎপগী ৱানি ।।

পয়ারগী অর্থ:- বৃন্দাবনগী চৎনরিবা নিয়মগুম্না দ্বারিকাগী ইবেম্মশিং পুরগী ইবেম্মশিংগসু বার্ত্তনগী নিয়মদি ইবেম্মগী লমচৎ শক্তমদা চৎনগনি ।। মান্নবা খুদম অদু হায়রি ।। মৈ হায়রগা মিৎপু খংনৈ ।। তাম্বুল (পানা) হায়রগা নিবানবু খংনৈ ।। চন্দন হায়রগা নাতোনবু খংনৈ ।। লৈ উরিগী মপা অদুবু হায়রগা চিনবা নাকোংবু খংনৈ ।। ধুপ হায়রগা (মৈখু) উনশাবু খংনৈ ।। হাইরিবা পোৎশক মঙা অসি সেবাগী মতমদা ইবেম্মগী মুর্ত্তি শক্তমনি হায়না উজগনি ।। রাধা কৃষ্ণ অনিগী মুর্ত্তিবু পুক্লিংনা নিংজরিবা ৱাখল হায়বা মিংশেল অদুদা তাহনগনি ।। হায়রিবা ৱাখল লমচৎশিং অসি য়ুম লিংলিবা গুরুগী মনাইশিংনা ।। সংকির্ত্তনগী মতম ভাব অসি খন্দুনা ভাবক ওইগনি সংকির্ত্তনগী রস চুপচগনি ।। বার্ত্তন (বারতা) পাও লাকইবা মী অদুনা লৈরম্মীবা মী অদুদা হংলবদি মানা খুমলক্কনি ।। ঐদি নন্দগ্রামদা লৈবনি ইমিংনা নন্দ গোপ নিংথৌগী মচানি (মপারিনি) ইমিংনা কৃষ্ণ কৌই ঐদি ।।:০:।। (১)

পয়ার:- তিনী জিজ্ঞাসিলে সেউত্তর দিবা আমি যাবটে থাকি ।। আমাদুই নাম বৃন্দা তুলসি ।। নিধুবন কুঞ্জে যাইবা ।। কত পদ তক স্বরে আছিয়াছ জিজ্ঞাসিলে ।। দুই পদ দুই স্বরে আছিয়াছে উত্তর দিবা ।। পদ ধৌতস্থান দই কুণ্ড করিবা ।। সেই দুই রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড হয় ।। তাহাতে শ্রীরাধার অঙ্গ ধারন করিয়াছে ।। তাহাতে সে খাট রাখিয়াছে সেই রাধিকার স্তন জানিবা ।। সে বস্ত্র রাখিয়াছে সেই রাধার কেশ জানিবা ।। ইহাজানিয়া আসনে বসিবা ।। কৃষ্ণ রূপ হইয়া সেই রাধা গোপেশ্বর সঙ্গেকোলা কোলি করিবা ।। ইতি কুণ্ড দরশন ।। দরজাতে ব্রহ্মরূপী সন্ন্যাসা সঙ্গে দেখা করিবা ।। সেই কুন্দ তীরে আসনাদি দিয়ে সেই সাধুমৃ তাকে বসাইবা ।। রস গওয়া গুরু ঘাট পর্য্যন্তং (শর্য্যন্তং) তৎপরে রসের সখি বুঝিয়া কুঞ্জে মিলাইবা ।। ইতি নিমন্ত্রন বিচার ।। (১)

পয়ারগী অর্থ;- লাকইবা নংদি কনানো হায়না হংলকলবদি লাকইবা অদুদা ।। লাকইবা মানা খুমলক্কনি ঐদি যোবট খুঙ্গংদা (গ্রামদা) লৈজবনি ।। ইমিংনা ঐখোয় অনিসি বৃন্দা তুলসী সখি কৌই ।। নিধুবন কুঞ্জদা সঙ্কেট (সঙ্কেট) কীদমক চৎচগে হায়দুনা লাকচবনি ।। খোংফম কয়াদা স্বর করম্বা মতমদা লাকপগে হাংলবদি ।। খোংফম অনি স্বর অনিদা লাকই হায়না মানা খুমলক্কনি ।। চরণ থম্বাল অনি শেংদোকফম পুখ্রি অনিনী হায়না খঞ্জগনি ।। অদুগুম্বা পুখ্রি অদো মিং রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ডগী ঘাট কৌই ।। অদুগুম্বা রাধা কুণ্ডশে ইবেম্মগী শ্রী অঙ্গমক্কি হায়না উজগনি ।। শ্রী কুণ্ড ঘাট অদু ইবেম্মগী বক্ষজ মাইয়োক্কি হায়না নিংজগনি ।। লৈতেং ফীবুনা ইবেম্মগী শমনি হায়না খঞ্জগনি ।। ব্রাখল অসি খংজনা ফম্ফমদা ফমদুনা লৈগনি ।। যুগল মুর্ত্তিনা ওাল্লিবা কুঞ্জগী থোংদা গোপেশ্বরনা রাসদা লৈবা ।। কুন্দেশ্বরনা রাধাগা লোইনরিবা শ্রীরাধা কুণ্ডনি ।। মসি খন্থজরগা রাধা কুণ্ডবু শরন তৌজগনি ।। শ্রী কুণ্ড দর্শনগী ব্রাফম্লী মসিদি থোংজাও পুরিবানা ব্রহ্মগী মশমক্কি অসিনা অরাংফম তৌরিবী (সম্বাসা) গা লোইননা সাধক্লা উজগনি ।। অসিগুম্বা রাধা কুণ্ডগী মপান্দা আসন্নচিংবা ফমদুনা যোগ পীঠবু উজগনি ।। ইবেম্মা নুংশিবা গুরুগী মনাইশিংনা লৈপাক্তা ফল্লগা সংকির্ত্তন কৎকনি ।। মতাং অসিদা গুরুঘাটনচিংবা রস লৈ ।। রস খংলবা সখিশিংনা লৈববু কুঞ্জদা উজগনি ।। মশিনি নিমন্ত্রনগী বিচার ব্রায়েল পাথাপ্লি ।। (১)

---

## ১৩। অথ মৃদঙ্গের নীর্ম্ময় সুকথ্যতে ।।

পয়ার:- মৃদঙ্গ কৃষ্ণ স্বরূপ ।। শ্রীকৃষ্ণর প্রেম বিগলিত হইতে মৃদঙ্গ উৎপতি হইল ।। মৃদঙ্গের বর্ন্ন শ্যাম বর্ন্ন ।। মৃদঙ্গের প্রথম দরি নবদরি অর্থাৎ কুঞ্জমালা হয় ।। মৃদঙ্গের বেরন বস্ত্র নীল বর্ন হয় ।। মৃদঙ্গের দক্ষিনে শিববামে পার্ব্বতি ।। মৃদঙ্গের দুই মুখ শ্রীকৃষ্ণর দ্বই নয়ন জানিবা ।। মৃদঙ্গে দরি শ্রীরাধার পীতস্ত্র জানিবা ।। মৃদঙ্গে রগায়ত্রীযথা ।। মৃদঙ্গায় বিদ্মহে শ্যাম বর্ম্মা য়ধীমহি মৃদঙ্গ প্রচোদয়াৎ এইগায়ত্রীতে রোপন করিয়া ।। তৎপরে পঞ্চৎ দ্রব্যন পুজয়ে ।। মৃদঙ্গ পুজা মন্ত্র ক্লীঁ ক্লীঁ ক্লীঁ দ্লীঁ দ্লীঁ দ্রীঁ দ্রীঁ দ্রী

শ্লীঁ শ্লীঁ শ্লীঁ মৃদঙ্গায় স্বাহা ॥ এই বুঝিয়া আশ্রয়া সাধু স্থানে বস্ত জানিবা ॥ পুজ্য করিলে অদ্বৈত তমন নিত্য পুজা করিবা ॥ আদ্বৈত রূপ ধারন করিয়া মৃদঙ্গ বাজাইবে ॥ মৃদঙ্গের কথা সমাপ্তি ॥ (১)

---

## হৌজিক পুংকৌবা যন্ত্র (পোৎকী) গী মশক হায়গে ॥

পয়ারগী অর্থ:- মৃদঙ্গ (পুং) হায়বা যন্ত্রশে শ্রী কৃষ্ণগী শক্তম (মুর্ত্তিনী) ॥ শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনীগী শক্তম প্রেম্না অঙ্গদগী শিঙ্খরক্তুনা পৃথিবীদা তারকলবদা সুদ্ধ শত্ত্ব ওইবা চমদবা প্রেমনীনা পুংকৌবা যন্ত্র ওইনা পোকখি ॥ (চোংথোকখি) ॥ প্রেম অদুনা পুং ওইরকখি মচুদি শংবান্নবা মচুনি ॥ পুংগী মশাদা য়েৎলিবা মরিমচা )নবডরী) অদু গুঞ্জামালা পরেংনি হায়বি ॥ পুংগী মশাপুম্বদা য়োমদুনা য়েৎলিবা ফি অদুগী মচুদি মুনা শংদানবা মচুনি ॥ পুংগী য়েৎথংবা নাকল নাওতোংদু মহাদেবনী ॥ ওইথংবা নাকলনা পার্ব্বতী দুর্গানি (ইবেম্মনী) ॥ পুংগী নাক য়েৎ ২ মমাইদু মরু মনাও শ্রীকৃষ্ণগী নয়ন অনিনি হায়না খংনগনি ॥ পুংগী পুংলি আশাংবা ফি মচা লেংবান্দা থাংনবা ফি অদু রাধিকা ইবেম্মগী লৈতেং ফিস্না ফিগে নমথাং ইন্নফিনা ওইবনি হায়রি ॥০॥ পুংগী গায়ত্রী মশা মশক্তু ইরি ॥ তৎযথা ॥ মৃদঙ্গায় বিদ্মহে শ্যাম বর্ণায় ধীমহি তন্নো মৃদঙ্গা প্রচোদয়াৎ ॥ মতৌ অসিগুম্না গায়ত্রী শোনগনি পোৎলম মঙানা পুজা তৌজগনি ॥ পুজাগী মন্ত্রদি মখাশিদা হায়রি ॥ ০॥ ক্লীঁ ক্লীঁ ক্লীঁ দ্রীঁ দ্রীঁ দ্রীঁ দ্রী শ্লীঁ শ্লীঁ শ্লীঁ দ্রী শ্লীঁ মৃদঙ্গায় স্বাহা ॥ হায়রিবা মরোল অসি খংবা বৈষ্ণবকী মফমদা হংজরগা ॥ পুজা তৌজগনি মথং তাবদনা শ্রী অদ্বৈত প্রভুদা বোরিজগনি ॥ অদ্বৈত প্রভুগী মরুমথুপ্প লৈজগনি ব্রাখলনা ॥ মতুং অদুদা তপ্পা ২ পুং রাগ হৌবা য়ৈবা তৌজগনি ॥ মশিদা পুংগী বিচার লেপচরে ॥ (১)

---

## ১৪। রাগীনি সঞ্চার কথ্যতে

পয়ার:- সত্য যুগেতে হরি নরসিংহ রূপে ধরি নট্টরাগ করিল সঞ্চার রাগানি ধবল বর্ন্ন ধরি ধবলা নামেতে সঞ্চারি।।০।। ত্রেতা যুগে শ্রী হরি রাম লক্ষন রূপ ধরি রামায়ন রাগেতে সঞ্চার ।। রাগিনী পীত বর্ন্ন রাগ পকা নামেতে প্রচার ।।০।। দ্বাপর যুগেতে শ্রী হরি রাম কৃষ্ণ রূপ ধরি ।। রাগ ধমেল নামেতে সঞ্চার ।। রাগিনী শ্যাম বর্ন্ন দুতুলা রাগি লীলা তেপ্রচাব ।।০।। ধন্য কলি পরবেশে ধন্য ২ গৌর দেশে ধন্য ২ চৈতন্য নিত্যাই ।। রাগ নামেতে প্রচার ।। এই রাগ রাজিনী জানিয়া মৃদঙ্গ বজা ইব ।। যদি হৈয়া অবহেলে করিয়া বাজাহিবা তবে দ্বারাদি বিকৃতি হইবা জানিবে ।। অন্তে চৌরাশি কুণ্ড ভ্রমন করিবা ।। ইতি।।০।। (১)

---

## রাগিনী ইবেম্মশিংগী থৌওং হায়রগে ।।

পয়ার:- হরিনা সংসার শেম্বা অহানবা মতমদা সত্যযুক্তা হরিনা অবতার তৌই ।। মনাই বৈষ্ণব প্রহ্লাদগী ময়াথং ঙাকপিদুনা নরশিংহগী শক্তম ওইদুনা লিক্‌হাইয়ুম্বীদগী চোংথোকই ।। মদুদা নট্ট কৌবা রাগনা সঞ্চার হৌগনি ।। নট্ট রাগগী লোইনবি বাগিনী মমিংদি ধবলা কৌই ।। মচুদি ঙৌরোক ঙোই মহাক্লা থৌগল তৌই ।।০।। ত্রেতা যুগতনা হরিনা রাম লক্ষ্মনগী শক্তম অবতার তৌই (শায়নথী) ।। মদুদা রামায়ন রাগ শন্দোকখি ।। মাগী লোইনবি রাগিনি মিংনা পাকা কৌই ।। মচুদি পিগ্রাই মচু মাল্লি মাগা লোইননা থৌগল তৌই ।।০।। দ্বাপর যুক্তা হরিনা রাম কৃষ্ণ অনিগী শক্তম ওইদুনা বৃন্দাবন্দা অবতার তৌই ।। মদুদা ধুমেল কৌবা রাগগী সঞ্চার হৌগনি ।। রগিনীনা মচুনা শংদানবা মচুনি ।। দুতুলা রাগিনি লোইনবিগা সংকির্ত্তন থৌগল্লি ।। ধন্য কলি য়াইফবা (অতাংবা) মতমনি ৪ শুবা যুগশে ।। য়াইফবা গৌরদেশসু অতাংবা লৈবাকনি ।। মশিদা অবতার তৌরিবা অনিনা অমত্তা ওইবনি ।। অমনা অনঙ্গ কৌবনা মুর্ত্তি ওইব ১ না অসিগুম্বা গৌর নিত্যাই অনিগী সংকির্ত্তননী ।। মশিদনা নদিয়া কৌবা রাগনা

থৌগললবদা মাগী লোইনবি নদীয়া রাগিনিনা পুংয়ৈদুনা সংকির্ত্তন থৌগল্লি ।। মতাং অসিদা রাগ রাগিনি অরুবা থোইদোক্তনা য়ৈবা পুংনি ।। থৌশাদনা য়ৈরবদি অফবা ওইরোই ।। সংকির্ত্তন তৌদুনা চৎপদি নরক কুণ্ড ৮৪ মফম খুদিংদা কীর্ত্তন তৌগনি ।।০।।

সম্যক কৃতয় ইতি সংকীর্তন:- চংখোন্না শোনববু সংকীর্ত্তন্নি ।

---

পয়ার:- শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য বাক্যাং ।। আর বীজ সঞ্চার ।। রাগান্তে চৈতন্য সঞ্চার বাজাইবা ।। একাক্ষরে রাগ বাজাইবা ।। সমান শব্দে রগিনী বাজাইবা ।। গুরু চৈতন্য বলিয়ে গুরু ঘাট আসিবে ।। রাগ ভঙ্গ তাল ভঙ্গ হেন কাল হয় ।। পুনর্হি রাগ আরম্ভ করিতে হয় তখন দক্ষিণ বামে সমান শব্দে রাধা কৃষ্ণ বলিয়া ।। অদ্বৈত সঞ্চার বজা ইব ।। এবং রস ভঙ্গ তালভঙ্গ হইলে বৈষ্ণব সঞ্চার বাজা ইব ।। এবং গৃহস্থি দোষ হইলে নিত্যাই সঞ্চার বাজাইবা ।। রাগ আরম্ভ কালে নাম বীজ তিন বার জপ করিবা ।। তৎ বীজ মন্ত্র ।। ক্লীঁ ক্লীঁ ক্লীঁ তান বার (ত্রিবার) স্মরণ করিবা ।। তৎ পরে বামে দক্ষিনে তিনবার হরিনাম পড়িয়া তিন বার মর্দ্দন করিব ।। পরে রাগ উচ্চারিত করিবে ।। ইহা বুঝি বাজাইলে নরক হৈতে উদ্ধার হইয়া থাকে ।। ইত্যাদি ।। (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- কৃষ্ণ চৈতন্যনা তাকপিরমই ।। মতম অদুদদি পুংনা মন্ত্রবীজনা সঞ্চার তাগনি (য়ৈগনি) অদুগা রাগনা হৌরবগী মথংদা চৈতন্য সঞ্চারনা রাগ তাগনি ।। ময়েক খোঙ্থক অমা খকতনা ইহান হান্না রাগগী পুংলোন্না লৈগনি ।। মচু মানবা খোঙ্থোক্তা রাগিনীনা মখা তানা চৎথগনি ।। শ্রী গুরু চৈতন্য হায়দুনা গুরু ঘাট পুংলোন য়ৈগনি ।। (অমনা) রাগ হৌবদা ভঙ্গ (কাইরবা) তাল হৌবদা থাবদা ভঙ্গ (কাইরবা চাদ্রবা) থোকললবদি ।। শ্রী গৌরাঙ্গ স্মরণ তৌরগা অমুক হন্না রাগ হৌগনি ।। মদুদা হৌবা রাগদি য়েৎ ওই অনিমক মানবা খোঙ্থোকনা রাধা কৃষ্ণ হায়রগা ।। আদ্বৈত সঞ্চার কৌবা সঞ্চারনা রাগ হৌগনি ।। অমগসু অমুক হায়রি ।। রাগ হৌবদা পুং-ইশৈ অনিমক্লা রসভঙ্গ (রস কাইবা) তাল ভঙ্গ (তালকাইবা) মাত্রা চানদবা ।। অদুওইরবদি বৈষ্ণব সঞ্চারনা পুংলোন য়ৈগনি ।।

মখাতাবদা য়ুম্বু অদুনা সংকির্ত্তন অদুদা ব্রাখল শোয়দনা মরাল (দোষ লৈরবদি পুংগী সঞ্চার মরোল হৌবদা নিত্যাই সঞ্চার সংকির্ত্তন অদুদা থৌগলগনি (য়ৈগনি) ।। সংকির্ত্তন হৌবা মতমদা রাগ হৌবদা শ্রী গৌরচন্দ্র প্রভুগী নাম বীজ মন্ত্র শোল্লগনি ।। বীজদু অহুমলক শোলগা রাগা পুংলোন য়ৈগনি ।। হায়রিবা অদুগী বীজ মন্ত্রদী ক্লীঁ ক্লীঁ শ্লীঁ হায়দুনা অহুমলক শোঞ্জদুনা স্বব য়েংদুনা নিংশিংজগনি পুংনা সংকীর্ত্তন হৌরমদাইদা ওইয়েৎ মরু মনাও অনিগী মমাইদা খুৎ অনিমক্তা হরিনাম অহুমলক শোল্লগা নানগনি ।। অদুগা রাগ হৌগনি হায়রি মরোল অসি গুরুদা খংনবা তমগনি ।। নিয়ম অসি কাইদনা পুংয়ৈবদি লৈখা তাদুনা লৈববা (নোরক্তগী) লাম্বোক্তুনা অরানবা খুভম ভক্তি ফংই হায়রি লাইবিক্লা ।। (১)

---

## ১৫। কর তালের নীর্ম্নয় কথ্যতে ।।

পয়ার:- শ্রীভগবান উক্তং ।। যখন তিন বাঞ্ছা সময়ে শ্রীকৃষ্ণ বোলিলেন ।। হে রাধে আমি তোমাকে হৃদয় রাখিব ।। বাধিকা বোলে হে প্রভু তখন আপন আমার নাম উচ্চারত করিব যখন আমি আপনার হস্ত করতাল রূপী হইয়া আপনার নাম উচ্চারিত করিব ।। অতএব শ্রী রাধার বক্ষ স্থল হইল ।। করতাল উৎপতি হইলা ।। কবতাল কোন বর্ন্ন কাঞ্চন বর্ন্ন ।। ধ্বনী কোন রাধিকার কন্ঠ ধ্বনি জানিবা ।। গোপীরূপ হইয়া মন্ত্র জপ করিবা ।। তিনবার হরিনাম ধারন কবিব করতাল গায়ত্রী ।। ক্লীঁ খ্লীঁ দ্লীঁ শ্লীঁ করতাল বিদ্মহেরাধা রুপায় ধী মহি তন্নো করতাল প্রচোদয়াৎ ।। করতাল মন্ত্র ।। ব্লীঁ ব্লীঁ ফ্রোঁ ফ্রোঁ করতাল স্বাহা ।। ইত্যাদি ।। (১) করতালস্য:।।

## করতাল হায়রিবা অসিগী অরেপ্পা মশক হায়রগে ।।

পয়ারগী অর্থ:- শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনি ।। কৃষ্ণনা তিন বাঞ্চাগী মতমদা (অপাম্বা অহুম) পোকপা মতমদা হায়খিবা ব্রারোলনি ।। হে ধাধে কৃষ্ণ ঐনা ননাক্কী থমোইদা লৈজনিংই থম্বীয়ু ঐবু ।। মদুদা ইবেম্মনা খুমখি ।। হেকৃষ্ণ ননাই বাধাগী ইমিংবু কৌবিবা মতম অদুদা ।। ইবুংঙোগী খুৎ থম্বাল অনিনা

## রাধা কৃষ্ণগী অচেৎপা ফোঙদোকপা
## অহূমশুবা তাঙ্কক

যন্ত্র (করতাল) ওইরগা ননাই রাধাগী হকচাং (মাইয়োক্তা) লৈতেং ওইজগে ।। হায়খি ।। মরম অসিনা ইবেম্মগী মায়োক্লী করতান্দি অসুম্না ঙসিফাওবা শোন্নরি করতালবু গুরুগী মনাইশিংনা ।। মরম অসিনা করতালগী পোকফমদি ইবেম্মগী অঙ্গদগী পোকই হায়রি ।। করতালগী মচুদি করিনো সনাগী মচুনি ।। করতালগী মখোল করিনো ইবেম্মগী খোঞ্জেল খোঙ্গোকনি ।। মরম অসিনা করতাল পাইবশিংনা গোপীগী শক্তমনি নিংজরগা ।। করতাল পাইবা মতমদা করতালগী মন্ত্র শোঞ্জগনি ।। মতম অদু হরিনাম অহূমলক শোঞ্জগনি স্বর কাইদনা লেপকনি ।। করতালগী মশক (গায়ত্রী) অদুমক হায়রি ।। ক্লীঁ হ্লীঁ দ্রীঁ শ্লীঁ হে করতাল কৌবী যন্ত্র নংগী নশক শে খংবা ঙমদ্রে ।। শ্রী রাধিকাগী শক্তম ওইরিবী নহাক্কী নগুন শন্দোকপদা নঙোন্দা চংজরি তোল্লবা ঐখোইনা ।। মথংদা করতালগী মন্ত্র ময়েক হায়রকলগে ।। হ্রীঁ হ্রীঁ স্রৌ স্রৌ হে কারতাল নহাক্না হকথেংননা লৌবিয়ু ।। স্বাহা (স্ব মুখং) হা হাতকং অসিনচিংবা মরোলশিনী ।। (১) মতাং অসিদা করতালগী মরোল লোইজরে ।।

---

পয়ার:- পূর্ব্ব রাত্রে দ্যবাদি স হ পুজ্য করিবা ।। করতালের যে দরি শ্রীমতি রাধিকার বেনী জানিবা ।। ইহা জানিয়া করতাল বাজাইবা ।। কীর্ত্তননের রস দুই প্রকার ।। প্রথমে গৌরচন্দ্র অবতার অবতরী অবর্ত্তীন নর্ত্তন ।। নরতন বিশ্রাম উদ্দি পন চৈতন্য লীলা জানিবা ।। সে সময়ে আগমন সমুহ গৌরভক্ত জানিবা ।। আর উদ্দিপন তিনপ্রকার ।। কি কি ।। মালিকা অর্থাৎ নিত্যরস জানিবা ।। সংক্ষিকা অর্থাৎ ষষ্ট নায়িকা অর্থাৎ গায়ন করিব ।। গৌর লীলাতে কৃষ্ণ লীলা মিলিতে তে মাধুর্য্য হয় ।।:০:।। (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- সংকির্ত্তন তৌগদৌবা নোংমা ব্রাৎপগী নুমিদাং সেবাদা চংগদবা পোৎলমশিং অদুনা হান্না পুজা তৌবা হৌগদবনি (অধিবাস তৌগদবনি) ।। সংকির্ত্তন্দা পাইরিবা করতালগী মরি অদু ইবেম্মগী বেনী (শমনি) হায়না খংনগদবনি ।। মরম অসিনা করতাল পাইরিবা মীওইশিংনা য়াম্না যত্ন তৌগদবা ওই ।। হরি সংকির্ত্তন রস অসি মখল অনি থোকই হায়রি ।। অহানবদা শ্রী গৌরচন্দ্র প্রভুনা যুগ অবতারগী লীলা রস জীবদা

কৃষ্ণ নুংশিনা শোনবা তম্বীবা ।। নাম শোনবগী রস চাবা জীবা অচান মীরাই নাইদনা নাম পীবা প্রেম য়েকনবা ।। চংজরকপা গুরুগী মনাইদা থৌজাল পীবা ।। পৃথিবীগী মফম পুম্বদা বৈরাগ্যতম্বীবা ।। অমা মুখ্য রস তীন বাঞ্ছাবা প্রেমগী লমনশিংবা রাধা কৃষ্ণ অনিগী লীলা সমুদ্রদা পুন্সি লোইখিবা রস তত্ত্ব-মাধুর্য্য ঐ শ্বর্য্য ভাব চাবা তম্বীরম্বা নিত্য দাস শিংদা ।। রস অনিদু অসিনি ।। অরতার (যুগ অবতাব) অবতরী (পৃথিবিদা মহাক্কী লীলা অবেপা পুবিবকপা) অবতীর্ন (নরলীলা শানবদা পুক্লিং চংবা) ।। স্বয়ং মশামক্লা লেংবিরকুনা মহাক্কী লীলা ফোংদোকপীবা ।। প্রেমগী জগোই শাবা উহনবা ।। সেবা পাম্বা মনাইশিংদা সেবা পীনবা ।। উনিংবা শক্তমবু অতোপ্পা পান্দম (উদ্দিপন) পীদুনা নুংশিনা নিংশিংবা তম্বীবা অসিনচিংবা ।। কলি যুক্তা শ্রী গৌরপ্রভুনা মশাগী লীলাবু সংকির্ত্তন ওইনা শানবা অমা ।। ভাব ৱাখলনা রস চাবা নাম শোনবনা পোখাবা লীলানি হায়না খংগদবনি ।। অহানবদা শ্রী গৌরচন্দ্রনা জীব লানবিবা লাকপদা (যুগ অবতার) গা লোইন্ননা স্বয়ং মশা মক্লা তিন বাঞ্ছা চাবা লেংঙকপদা মহাক্কী লিলা পুন্নমক কলি যুক্তা যুগ ধর্ম্ম হরিনাম য়েনবিদুনা লেংবিরি বৈরাগ্য তৌরগা ।।

---

## ১৬। অথ সংকীর্ত্তন মণ্ডলি বিচার কথ্যতে ।।

পয়ার:- দক্ষিনে বলরাম অবতার নিত্যানন্দ ।। পশ্চিমে পূর্ন্নমাসী মাধবেন্দ্র পুরী ।। উত্তর নারদ অবতার শ্রীবাস ।। পুর্ব্বে হনুমান অবতার মুকুন্দ: ।। ইহা জানিয়া প্রধান লোক বসাইবে ।। আর মনিন্দ্রনি ফনিন্দ্র দেবেন্দ্র ইত্যাদি কিট পতঙ্গাদিরূপে শ্রবন করিতেছে ।। শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য তিনবাঞ্ছা শোধনার্থে আপ নার সখা সখী আর্য্য সঙ্গে করিয়া ।। ভক্ত রূপে কীর্ত্তন আর ম্ভকরিলা ।। (১)

---

প্রথমে নিত্যান্দ হরিধ্বনি করিব তৎয়থা পয়ারার্থ সংকির্ত্তনগী অহৌবা মতমদা শ্রী গৌরচন্দ্র প্রভুনা ভক্তমণ্ডলি ময়াম পুবিরকুনা লেংবিরকলে হায়না

খঞ্জগনি ।। অহানবা হেক সংকির্ত্তন হৌবদা নিংশিংগদবা শক্তম (উদ্দিপন) হায়বশি মখল অহুম শুই ।। করি করিনো মদুদি পরে পালা মকোই নাইবা হায়বা অমা ।। রসগী শক্তম উবা হায়বা অমা ।। সংক্ষিকা তেল্লপা নায়িকা ৬ অসি পুল্লগা গায়ন করি ইঁশৈ শকপনি ।। অসিগুম্বা সংকির্ত্তন অদুদা গৌর গোবিন্দগী রসনা তিল্লবদি সংকির্ত্তন অদুগী মমিং মধুর রস কৌই ।। মতাং অসিদা ।।:০:।। (১)

---

## কীর্ত্তন মকোইগী বিচার হায়গে ।।

পয়ারগী অর্থ:- কীর্ত্তনগী মাইকৈ মরিশে মখা থংবা মাইকৈদা বলরাম অবতার ওইবা শ্রী নিত্যানন্দনি ।। মনিংথংবা মাইকৈদনা পৌর্ন্নিমাসী দেবী অবতার মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বাঞিনী ।। অল্লাংথংবা মাইকৈবোমদনা নারদগী অবতার ওইবা শ্রীবাস ভক্তনি ।। মমাং থংবা মাইকৈদনা মুরারি গুপ্ত ভক্তনি ।। হনুমান্না অবতার তৌরকপা ভক্তনি ।। মরুওইবা ফমলিবা মীওইশিংদো সংকীর্ত্তন মকোই ভাবক্লী ।। সংকীর্ত্তন অদুগী ভাবোক মথং ২ দি মুনিন্দ্র অনন্ত সুরারেল কৌবা লাই অসিনচিংবশিংনি ।। পৃথিবিদা লৈরিবা মরোল অহুমগী জীব তিন কাং পুম্নমক লাক্তুনা ভাবক ওইরি ।। (ইঁশৈ তারি ) ।। কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনা তিনবাঞ্ছা চাবা প্রেমগী লমন শিংবা লাকপদা সখা সখী ইপা ইমা গুরুজন পুম্নমক ভক্তগী শক্তম ওইনা পোক্লুনা হরি সংকীর্ত্তনবু তৌরি ।। হরি নাম সংকির্ত্তনবু হৌদোক পীরি ।।:০:।।(১)

---

তথাহি হরিধ্বানি:-

বলিহ প্রেমসে কহ শ্রীরাধা কৃষ্ণ বলিহ প্রভু ।।

নিত্যাই কহত সাধু-মধুর রাস বানী হরে ।।

অর্থ:-

হে সাধু নুংশিনা চৈতন্য রাধা কৃষ্ণ শোল্লো প্রভুনিত্যাই ।

শোল্লো মধুর ভক্তি রস হরে হরিনাম শোল্লো ।।

পয়ার:- হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।। হরে রাম হরেরাম রাম রাম হরে হরে ।। সংকীর্ত্তন মপুনিত্যানন্দনি মাগুপ মপুদি শ্রী বাসগী অনুগা য়ুম্নুনি ।।
পয়ার:- কীর্ত্তন আরম্ভ সময়ে ভাবক দাড়াইবা প্রথমে নিত্যানন্দ হরি ধ্বনি করিব ।। তখন ভাবক হরিনাম জপ করিব ।। তখন গান উম্বা গুরু ঘাট সময়ে হেরিবল শব্দ উচ্চারন করিব ।। নিত্যানন্দাদি ভক্ত দণ্ডবৎ করিয়া নিজ ২ স্থানে বসিবে ।। তখিন উম্বা সময়েন্ত রাগ গায়নকবিয়া বেড়ি ঘাট করিব ।। তৎপরে গায়ন উম্বা ও নিত্যা নন্দাদি ভক্ত ।। মৃদঙ্গ উম্বার সঙ্গে সম্ভোগ স্বাধিন ভাবে কুলা কুলি করিব ।। এই হরিনাম যজ্ঞ মহা সহকীর্ত্তনর নিমন্ত্রন পাইয়া অবহেলে করিয়াছে ।।:০:।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- অহানবদা ভাবক খুরুমজদুনা বরিরা সংকীর্ত্তন হৌবা মতমদা ভাবকী ফিরেপ্তী লেপকনী অহানবা হৌবদা নিত্যানন্দনা হরিধ্বনি লাওগনি মরোন্দি হৌগদৌরিবা সংকীর্ত্তন অসে প্রেম্না থৌগল তৌরশি ।। প্রেম্না জগোই শারিবা শ্রীগৌর নিত্যাই অনিবু শোনশি হায়না হেক হায়রকপদা পুংনা রাগ হৌগনি ।। মতম অদুদা শ্রোতা ওইরিবা ভাবক (ভক্তনা) হরিনাম শোঞ্জদুনা লৈজগনি ।। মতাং অসিদা উম্বা গুরু ঘাট য়ৈগনি পুংনা ।। ইশৈ শক্ত্রিৈঙে রাগদি হৌগ্রবা মতাং অদুদা হরিবল হায়বা খোঙ্হোকনা হৌগনি ।। মতম অদুদা নিত্যান্দনচিংবা ভক্তনা ।। সংকীর্ত্তন্দা দণ্ডবৎ তৌরগা মাগী হান্নগী ফম্ফমদা হঞ্জিন্দুনা ফমগনি ।। ইশৈ শকলবা মতম উম্বার য়ৈবা শকপা কান্দা নত্তরাগ গায়ন (শক্কনি) ।। মানবা ইশৈ শ্বরগা কোন্নবা বেড়ি ঘাট য়ৈগনি শক্কনি ।। রাগ তারবা মতমদা উম্বর শক্কনি নিত্যান্দনচিংবা ভক্তশিংনা পুংসু উম্বর মরোল থৌগল তৌগনি ।। পুংনা উজর হারতৌদা প্রেমতৌনা সম্ভোগ স্বাখিনগী রসদা কোন্না পাইনগনি ৱাখলনা ।। কলি যুক্তদি হরিনাম শোনবনা মহা যজ্ঞন্নি মহাসংকির্ত্তনী ।। লাকপিদুনা ভাবক ওইবিরিবা মীশিং বার্ত্তন (নিমন্ত্রন) ফংবা কৌই ।। মশিদা থৌওইদদুনাা লাকত্রবা অমদি ঐগী ইথৌনা হেন্না লুরবদি মীওইশিংদুদি চুমদ্রে ফত্রে ।।:০:।। (১)

---

যত দনে তিনি জীবিকা থাকে তদবধি তাহার শরিরে অসুচি হয় ।। অন্তে চৌরাশি কুণ্ডে প্রনিবাস হয় ।। দয়ালু শ্রী গৌরচন্দ্র অধিন লোকের বিষয়েবলিলেন ।। উনিবার সুদ্ধ হেতুতে পুনরায় হরি সংকীর্ত্তন ।। শুনাইলে নিস্পাপে হইয়া থাকে ।। ইত্যাদি শ্রী রঘুনাথ ভট্ট গোস্বামী বির চিত শ্রীকীর্ত্তন চিন্তমনি গ্রন্থ সমাপ্তং ।। (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- অদুগুম্বা মীওইবশিংদো গৌরাঙ্গগী সংকীর্ত্তনবু মীরাইবগী দোষনা ।। মশাদো প্রায়শ্চিত তৌহৌদ্রবদি মহাক্লা পুন্সি মতাং চাদনা কাইনবা (শিবা) তারবদি য়ুমগী কুণ্ড ৮৪ দা লুপকনি ।। হরি সংকীর্ত্তনবু থৌওইদবগী দোষ (মরান্না)না ।। অদুগুম্বা জীবশিংদা চানবী হৈবা শ্রী গৌরচন্দ্র প্রভুনা তোল্ল তারবা মখোইবু লান্নাথৌরম হরিনাম শোনবা তম্বী-তাকপীরম্মী হেজীবশা ।। পাওতাক্তি হেকলি জীব মমা ৮৪ গী মচা ওইনা পোকপনা নিংবা শোনবা য়াবা অশেং অমাংনা চংউবা ঙমদবা ।। মপোক কয়াগী পাপ খুদক্তা শেংবা হরিনামনি ।। হরিনামবু শেংবিনবা মন্ত্র পুজা যজ্ঞ রাগ রাগিনি অমতা লৈতে ।। অদুগা পাপ দোষ পুজা যজ্ঞ রাগ রাগিনীনচিংবগী দোষাদি হরিনাম্না শেংবীবা ঙমই ।। মরম অসিনা ব্রায়াম থৌয়ামদবা গুরুনা পীবা হরিনামতনি শাগোনগদবদি ।। কলি কান্দদি হরিনামদগী হেনবা অমা লৈত্রে হায়দুনা ।। রঘুনাথ ভট্ট গোস্বামিনা কীর্ত্তন চিন্তামণি কৌবা লাইরিক্তা ইদুনা থম্বীরম্মী ।। মতাং অসিদা সংকীর্ত্তনগী ব্রারোল লেপচরে ।।(১)

---

## ১৭। অথ গৃহস্থি ওসন্যাসী ও সাধনা কথ্যতে ।।

পয়ার:- সদংশে বৈষ্ণ বাদ্বৈত চিদংশে চৈতন্য স্বয়ং ।। আনন্দাংশে নিত্যানন্দ ।। গুরু কৃষ্ণ সৎকর্ণিকা :।। ক্লীঁ শব্দে ডোর শৈচব দ্রীঁ শব্দ কৌপিনস্তথা শ্লীঁশব্দে বহির্ব্বা স বৈষ্ণব তস্যা লক্ষণ ।।:০:।। (১)

---

পয়ার:- অথ সন্যাসীর ভেক ডোর কথ্যতে ।। কৌপিন প্রাণবাকারং বহির্ব্বা সেন চ্ছাদতং ।। সদা দক্ষিণ গ্রস্থি স্তিতা কৌপিনী যোনী সম্ভুতা: ।। বস্ত্র হীন অল ঙ্কারর মায়া মোহ বিবর্জ্জিতা ।। গুরু চৈতন্য রূপেনং কৌপিনী

নবদেবতা ।। ইতি ভেক সুদ্ধ মন্ত্র: ।।(২)
য়ুমলিংলিবা ১ সন্যাসী তৌবিব ১ হিংনা ২ লৈদুনা কৃষ্ণ ফংনবা ইথৌবাং তৌনবগী ৱারোল হাযরগে ।।

পয়ারগী অর্থ:- সৎকৌবিগী অংশনা বৈষ্ণব অদ্বৈত ওই (পোকই) ।। চিৎকী অংশদি স্বযং কৃষ্ণ চৈতন্যগী শক্তম্নী (মুর্ত্তিনী) ।। অনন্দগী অংশনা নিত্যানন্দগী শক্তম্নুনি হাযবি ।। গুরু কৃষ্ণনা অবেপ্পা লৈবিক থমচেৎকী মশক্লী:।। ক্লীঁ মযেক্তগী ডোব পোকই ।। হ্রীঁ মযেক্তগী কৌপিন পোকই ।। শ্লীঁ ময়েক্তগী বহির্ব্বাস থোকই হাযবি ।। বৈবাগ্য ওইজববা বৈবাগ্যবেশশিনা মবল ওইববা মীওইশিংনদি ।। বৈষ্ণব কৌবগী মুর্ত্তিনী হায়না খংগনি মবম অসিনা মীওইবনা শিবা তাববদি কলিদদি কৃষ্ণ নুংশিববা বৈষ্ণপুগী বৈবাগ্যবেশ ফংজগনি ।। বেশ মশক খংলবা মীওইববদি মানসু বেশ পুনবা য়াই (পুনগনি) ।। অশেং অমাংগী ৱাদি বৈধি ভক্তিগীনি।। হরিনামনা মনুং মপাল অনিমক্কী ইবলনি ।। (১)

পযারগী অর্থ:- মযাগী ইখাই চংদ্রবনি সন্যাসকী ভেক হাযবা মিংশে ।। ডোর কৌপিন পুবববু ভেক ফংলবা কৌই ।। গুরুনা তৌজানবিদুনা বৈবাগ্য ওইববু বেশ ফংবা কৌই ।। কৌপিন কৌবা বেশদি প্রণব ওঁগী মশক্লী ।। হির্ব্বাসনা হকচাংনি মপানগী লৈতেংনি ।। খ্বাংগী যেৎথংবা নাকল অচেংবদা ডোব পুনগনি (কিশি কিগনি) ।। মবোল অসি খংনা কৌপিন পুজববদি গোপী দেহ ফংজববগী খুদমনি ।। বৈবাগ্য মন্ত্র ফংলবা লম্বোইববা শিংগীদি মাযামগী মপানগী ফিশেৎ লৈতেংদি অমত্তা যাওদ্রে ।। বৈবাগ্য মশক তমদবা সাদু সঙ্গ মগুন খংদবা মীনদি পোৎশকখংবা ৱাগনি ।। গুরু ওইবিবা মীশক অদুনা স্বামিনী হাযবা মশক মুন্না খংবা ওইরদি বেশফংবা(পুবগী) মগুণ খংগনি ।। নত্রবদি গোপীদেহ ফংবা (সিদ্ধ মঞ্জবী) মশক খংবা ৱাগনি ।। গুরুগী শক্তমদি শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী মুর্ত্তিনী ।। কৌপিনকৎপদি ভক্তি সেবাগী (পেলহনবগী) মশক্লি (নবদেবতা/ অথোইবা ঈশ্বরবু হায়বনি ।। ৱাবোল অসি ভেক কৌবা বেশগী মন্ত্রনি ডোরদি প্রেমবু হাযবনি ।।:০:।। (২)

---

পয়ার:- যজ্ঞোপবিত বৎ ধার্য্যস্ব ডোর স্যাপি চ কৌপিনী ।। তুলসি কাষ্টি মালিকা যজ্ঞো পবিতঞ্চ ক্ষণ মাত্রে পরিত্যগ বিষ্ণু দ্রোহি ভবেৎ নর:।। তথাহি আগমে ।। কৌপিন পৃথীবিশ্চ ডোর স্যাদনন্ত মেবচ ।। বহির্ব্বাসাম্বুঘি (গৃহ্ন) নারায়ন ভবেৎ ।। গোপি ভাব কৃত যস্ত বৈরাগ্য পরি কীর্ত্তিতা ।। (২)

## ১৮। অথ কৌপিন গায়ত্রী অথ বৈরাগ্য গায়ত্রী ।।

তথাহি শ্লোক:- ক্লীঁ বঁ মঁ গ্লঁ নীলোৎপলায় বিদ্মহে প্লীঁ হে প্লীঁ নীলোৎ পলায় ধীমহি তন্নো কৌপিন প্রচোদয়াৎ ।। ইতি শ্লোক (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- যজ্ঞদগী পোকপা নুগুন্দি সন্যাসগী বেশ ডোর পুরবা মতমদ (ব্রহ্ম গষ্টি পুবববু) দি হান্না পুরম্বা নুগুন অদু পুররোই ।। ডোর কৌপিন অনি পুরবদি রাগ মার্গ ভক্তি চৎলবগী খুদমনি ।। অমগসু হায়রি ।। উরিক নুগুনবু দীক্ষা তৌরবা মীনা থাদোকলবদি (থাংদ্রবদি) আগমকৌব বেদনা তুলসিগী লিক পরেং নুগুন অনিবু দীক্ষা তৌরবা মীনা ।। মীকুপ মখাই অমতং থাদোকপদা মীওইবা অদু বিষ্ণু কৌবা ঐগী য়েকনবা মীনি মী মহাক অদো ।। হায়রি ।।:০:।। কৌপিন কৌবা বেশগী মশক্তি পৃথিগী দেবীগী মশকনী ।। ডোব কৌবা বেশগী শক্তমদি অনন্ত বৈষ্ণব রাজগী মশকনী ।। বহির্ব্বাসনা সমুদ্র ইশিংগী মপৈ নর নারায়ন দেবগী মশকনি হায়না খংগনি (উজগনি) ।। গোপী ভাপ্তা লেপ্পুনা রাধা গোবিন্দ অনিগী পেনবীনবা সেবা তৌজববু বৈরাগ্য সেবাতৌজববু বৈরাগ্য ধর্ম্ম চৎপা কৌই হায়রি গোস্বামিশিংনা ।।(১)

---

শ্লোক্কী অর্থ:- কৌপিনগী গায়ত্রী শক্তম বৈরাগ্যগী গায়ত্রী শক্তম ইরগে ।। ক্লীঁ বঁ মঁ গ্লঁ থরো অশংবগী মঙান্না হকচাং পুম্ব শক্তম (মুর্ত্তি) ওইবা ।। খংবদা ওমদ্রবা মুর্ত্তিবু খুরুমজে ।। প্লীঁ হে প্লীঁ মচুনা মুনা শংদানবা (নীল মেঘাম্বর) ওইবাকৌপিন নংগী শক্তমবু খুরুমজরি (শন্দোকচরি) ।। নঙোন্দা চংজরি ।। অসিনী শ্লোক্কীশু ।।ইতি মশিনি ।।(১)

পয়ার:- অথ ডোর গায়ত্রী ক্লৈঁ মীলোং পনায় বিদ্মহেডোরায় ধীমহি তন্নো ডোর প্রচোদয়াৎ ।। ডোরমন্দ্র যথা ক্লৈ ডোরায়নম: বহির্ব্বাস মন্ত্র: প্লীঁ বহির্ব্বাসায় নম: দাস হওনের মন্ত্র ।। নারায়ন স্বরূপেয়ং দক্ষিণ গ্রন্থি সংযুক্তং ।। ধারয়ামি সদ যুক্ত দাস মাং কুরু ।। গুরু দণ্ড বেশ মন্ত্র: ।। প্লীঁ বহির্ব্বাসায় পরমত্মায স্বাহা ।। অথ ভক্তের লক্ষণ মাহ ।। বাহ্যেতু বৈষ্ণব বেশ ধারি তদুচতে ।। গম্যা গম্যং (গ্রাম্য ব্যক্ত) চরেৎ বস্ত্ত (যস্ত্ত) ভোগেচস্ত্রী আলাপনং ।। আত্মা বৈষ্ণবখ্যান (জ্ঞাযেৎ) সা মারকতা (মর্কট)মতা: ।। (১)

পয়ারগী অর্থ:- ডোর কৌবগী গায়ত্রী (হকচাং শকতমদি) ক্লৈঁ মুনা শংদানবা মচুনা মঙাল ওইবা ।। হেডোব কৌবা (প্রেম্না ওইবা থৌবি) খংবা ঙমদবা রাধা কৃষ্ণ অনিগী প্রেম্না নশক ওইবা নংনা শন্দোকপিরি জীবগীদমক অসুম্না হায়বনে ।। ডোরগী মন্ত্রদি ।। ক্লৈঁ ডোরায় রাধ কৃষ্ণ অনিগী ওইবা প্রেমগী থৌরিগীদমক খুরুমজরি ।। যথা মশিনি ।।০।। বহির্ব্বাসগী মন্ত্রদি প্লীঁ বহির্ব্বাস কৌবা বেশ নংগীদমক খুরুমজরি ।। রাধা কৃষ্ণ অনিনা মনাই ওইবিনবগী মন্ত্রেনে মশিনা ।। বেশ অসিদি নারায়ন দেবগী মশকনি ।। যেৎথংবা খ্বাংগী নাকন্দা কিশি অদু চেৎনা কিগনি ।। ৱারোলন্দি ডোর কৌপিন বহির্ব্বাস বেশ পুজরিবা ননাই ঐহাকপু ননাই ওইহনবীয়ু হায়জবনি ।। মন্ত্র অশি গুরুদগী ফংজগদবনি ।। প্লীঁ বহির্ব্বাস পরমাত্মায় (হেবশে থৱাইগী থৱাই) ওইবা নংগীদমক স্বাহা ।। হকথেংননা (লৎনদনা) লৌবিয়ু কৎচরিশে অসুম্না হায়জবনি ।। গৌরাঙ্গগীমনাই ভক্তা ওইবা মীগী মশক্তু হায়গে বৈষ্ণব ওইববনা শেৎনবা লৈতেং (বেশ) লাইবক্তা চনদন থীনবা তুলসিগী মালা ঙক্তা শিবা হরিনামবু নুংশিবা শোনবা ।। সেবায়াবা মুর্ত্তিবু পুরিবা অদুবু বৈষ্ণব কৌই ।। ওইজ ওইথক পামদুনা (তাৎ তৌদুনা) বেশ পুরিবা কৃষ্ণগী লিলা নামদা হৈশিংবা (অওৎ অপা শাবা) লয়েং মনিং তৌবা) ৱা ঙাংবদা পণ্ডিত শাবা । মখা পোনবা নুপী অঙাংদা ভক্তি য়াম্না তম্বীবা মশাদি চত্তবা ।। মশাগী মগুণ থাগৎপা ঐখোইনা তাদ্রিবা ভক্তিগী ৱারিবু মখোইনা করি খংবা ।। ফি মচুনা লম্বোইবা ভক্তিদা তাৎ তৌবা মর্কট বৈরাগ্য (য়োং লম্বোইবা) কৌই হায়রি ।। বৈরাগ্য নির্নয় কৌবা লাইরিক্লা হায়রি লাংকালাল

য়াওরুবা য়োংশিংগী রামগী বোরদগী কলিদা তাং তৌবা বৈষ্ণব ওইনা পোকই হায়রি ॥ (১)

পয়ার:- সাক্ষি মন্ত্র: সমান সর্ব্ব ভুতেষু ঈশ্বর লক্ষনান্নিত ॥ সর্ব্ব বাক্য সিদ্ধি স্যাৎ স্বামী নাম তদুচ্যতে ॥ গোস্বাঞি লক্ষনং ॥ ঈশ্বর শক্তিরা বেশ রাবেসাৎ প্রকটি লোপ্ত ধর্ম্ম কান ॥ সর্ব্বদা প্রকৃতি দেহ গোস্যঞনা নাম উচাতে প্রকাট ॥০॥ মাহাশয় লক্ষনং ॥ আদ্রহি সর্ব্ব ভুতেষু জগৎ মঙ্গল মিচ্ছতি ॥ প্রেম রস মহামুর্ত্তি মুচ্যতে তৎ মহাশয় ॥ বাবাজি লক্ষণং ॥ পীতৃ মাত্রদি ভুতানাং সদনং বদনং মৃষা ॥ অহিংসা সমতুষ্টি স্যাৎ বাবাজী তৎ প্রকৃতিতা ॥ গৃহস্থি সাদু লক্ষণং ॥ কন্ঠেমালা ললাটে তিলক ধারিনাং কৃষ্ণ ভক্তি পারায়না । কৃষ্ণ মন্ত্রাদি জপন্তে গৃহস্থি সাধব মতাঃ ॥ (১)

---

পয়ারগী অর্থ:- সাক্ষি মন্ত্র: ॥ জীব পুম্নমক্তা মান্নবা মিৎয়েং য়েংবা থৌজালগী মপু ওইবা মহাকপু ঈশ্বর কৌবা অদুগী খুদম শক্তম মুর্ত্তিনী হায়রি ॥ ৱাঙাংবদা অশোইবা অরানবা ঙাংদবা ॥ জীব পুম্নমকনা ঈশ্বরগী মনাইনি ঐশ্বোয়গী ইবুংঙোনি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ॥ হিংলিঁঙৈদসু শিরবদসু ভগবান্না পচ্ছুংফমনি হায়বা পাওতাক পীবগী মমিং অদু (স্বামীজি) কৌই ॥ (গাসাঞি) কৌবা মিংখংনবদি ॥ ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা ভক্তি ধর্ম্মগী মপৈবু ফোংদোক্তুনা তাকপীবা ॥ ৱাখল ওন্নদুনা মপুক্সি মাংলুরা মীওইবু কনবিরিবা ॥ ঈশ্বরগী খুৎশেম ঙাক্তা হকচাংদা লৈববু (গোসাইঞি) কৌই ॥ (মহাশয় কৌবদি) জীবপুম্নমক্তা নুংশি ৱাহৈতনা থম্মোই মহি চেনহলবা, জগৎকী য়াইফনা হিংনবা নিংবিবা ॥ প্রেমরসগী অথোইবা শক্তম খুদম লৈ ॥ মিংতা তাবদা মনাক্তা লৈনিংবা অদুবু (মহাশয়) হায়না কৌই ॥ (বাবাজী কৌবদি) ইমা ইপা ইচা ইশুনচিংবা লৈমিন্নরিবশিং অসি অরেপ্পা অমতা নত্তে ॥ গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব অহুম্না অরেপ্পনি খংলবা ॥ নিন্দা হিংসা লৈতবা অগেনবতনা মহাক্কী থম্মোই ওইরবা অদো (বাবাজি) কৌই ॥ গৃহস্থি সাধু লক্ষণ ॥ গৃহি আশ্রমদা লৈরগা গুরুনা নাইদুনা তুলসি মালা লিকপরেং ঙক্তাশিবা লাইবক্তা চন্দন থীনবা ॥ কৃষ্ণনা পেনবীনবা (সেবা) হংজবা হরিনাম ফংজবা ॥ হরিনাম শোনবা সেবানা পুক্সি লেল্লিবা মীবু গৃহি বৈষ্ণব কৌই

